# খম্ব-থোইবী-শৈরেং

( মুখোংগী বিচার )

ফোংবা : রাজকুমারি সনাজাওবী দেবী
খাইধুল হিকহনবা লৈকাই
ইম্ফাল।

মরিশুবা খুৎনম
মে, ১৯৯৭ ইং
কোপী—৫০০

মমল—লুপা ৩০



---

নম্ফম :—সুচেতা প্রিন্টিং রাক্স
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফাল।

# শমুখোংগী বিচার

খমু খোইবী সেন্নবে নূরা অহুম অহুদি,
লৈপ্রে সগোন শংহুদা। মনাই মশন থরনা
হোংনহৌরে খম্ববু। ফৈরোইজাম্বা মবাইদো,
মসেন তুংওইনরম্মে। কেগে চৈরাপ তিনবদা
লৈপাক মাংদা চংলক্লে। "কেগে চৈরাপ তিনববু!
থুমন ইসেন খম্ববু ডসি ইন্নুং 'থেংবদা
লোন্না কৌথোকপিরগা য়ৈবিরম্মে তেংতন্না।
য়ৈরগদা তোকতরে - মথং থনবা নিংথৌগী
লংগোই য়াইশা পুখোক্লে। সমু মখোং অহুদা
য়ৈবিহুনা তুরবা অঙাং মাবু পুল্লগা,
মোইরাং খোইরি কৈখেনগী চেগাই সৌশা মরক্তা,
উপ্প তার উপ্প-চিং লোংনা তার লোংনা-চিং;
ইঙাং পাক্লরম্মে ইমু পাম্ফেন্নরম্মে।
ইসেন হাংকে তৌরম্মে মোইরাং মীশক থিবিয়ু।"
লাওরে ফৈরোইজাম্বনা! খুমদে কনা অমতা!!
ফৈরোইজাম্ব মুংঙাইতে। "করিনোদা! তাবিদ্রা?"
অমুক হন্না পাওরকই। অতু ফাওবা খুমখিদ্রে
কেগে চৈরাপ অহুদা মোইরাং কনা অমতা।
"অঙাং মুপী থংনবা, ৱাতাংবা ৱাম্বু নত্তে;

তাবিদবসি করিনো ?" হায়না অহুন্নক হন্না
লাওরে ফৈরোইজাম্বনা। কনা মতা থুমখিদ্রে।
ফৈরোইজাম্বা শাওদুনা ("লৈপাক য়াওর বোইরেদো !
ফরে, নিংথৌ হংগৎকে। খুম্বিরন্ন লৈহৌরো।")
হায়না মফী কন্দুনা মমাই লৈথোকখ্রবা ফাও,
থামদ্রে কনা অনতা। মপা চাওব নোংথোন্না
থুমই তাঞ্জা অসিদা--"মোইরাং মচা কনানো ?
মনাও বুংঙো ফম্মিংঙে, চৈরাপ তিনবদা,
থুমদ্রে তুমিন তুমিন মরৈয়ু! নফা নরোন কনবদি ?"
"ঐনি ফৈরোইজাম্বনি।" হুদি করিগীনোনা ?
অশিবমা পোক্নুনা পুরক্লগা চৈরাপ্তা,
পংলাও লাওরবহুদি ?- ননাও ইসেন খম্বনি।
মপু মোইরাং নিংথৌগী লাংগোঙ্গ য়াইশ অহুবু
পুথোক্লুনা কথেন্দা, শমুথোংদা পুন্দুনা,
ইশেন হাংকে তৌরম্মে !" রারম অসি হায়বদা,
মোইরাং চাওবা লৌশিংবা ইথে তৌদনা শুন্দা
লৌথোং চন্ন পাক্করা, শিজ্জোং য়ৈনা ঙাংঙকই,-
"কৈনো ফৈরোইজাম্ব, নং খংদ্রিবোইরে হৌজিক-ফাও !
নংনা লাওবা রাজুদা মোইরাং লৈপাক অসিনা
থাজবিদ্রে, থাজরোই, থাজফদবা রানি,---
"কনবা নসেন খম্বনি খংই মোইরাং লৈপাক্না।
অথৌবদা থোংলেনবা মরৈ চাওব মপামা,
মহোয় খ্বাই লৌরিঙৈদা; মাতুম্ তৌবা ঙম্বদি
নসেন থুমন মচাবু কেগে লৈপাক অসিদা,
মপা হায়নু, মপুবু, মপু পোকপা মবেনগী
মমা মরূ হুন্দরি। হুনা নংনা ঙাংবদো।

থাজরোই কনাসু ।" হায়না লাইনা খুম্মক্লে ।
রাঙাং অসি তাবদা লৈবা য়াদ্রে চিংখুবা !
মমিং উরু-রু লৈরে ! চাওব রোমদা লৈরক্ই.—
"করি হায়বা নোংথাম্বা ?—কেগে মোইরাং লৈবাক্কা,—
চাওব-থোংলেন, মবাইগা, লৈরিবৈদা অহুমসি,
লমজা খম্বা মহাকপু লাংগোই খোংদা পুন'দোবা.
মপু পোক্লি হায়বরা ?—হোয়নে অজ্ঞা পোকখিরোই !
নয়াম্বুংগী মীনি দো ননাই লমজা ওইবসে ।
ইবুংঙে স্নু লৈরিদো । মপা মপু অমমক,
ননাই লমজা য়ৈদোবা পোক্ত পোক্লিবমরি ।"
চাওবই মরা তাবদা, চিংখুবত্থু লোইখরে—
"ইয়া ! হায়নু হায়রগা হায়রিবৈদা মহায়ে ! –
হীঃ—মনাও 'বুংঙো কৈনো ? 'হায়নু হায়রগা' হায়বা ;
মনাও 'বুংঙো স্না য়াথং—কমদোবনো ? ঐগীদি,
মানা লাওরিবসিদা থাজদবৈ মাতবু,
চৈরুবনি ঙাংবনি । চুম্না ঙাংবিবদি য়াই,
হায়, হুম, ইয়া, হায়বদি মনাও 'বুংঙো করিনো ?
—'করিনো' হায়বদি কৈনো ? ঐনি হাংকে তৌবদি !
মবেন পোক্তে হায়বদি নচিন নয়াদি ইশাং
শাংব শারফুননে ।" চাওব রাসি তাবদা
কোয়া ভাংই নোংথানবা, রাঙাও মাংগোন নাইবদা
মপা লৈতে মোইরাংদা ইঙ্গি ফুংত্থু থেখরে
"ইহে ইহে অসাইনা তাকপিদে স্না য়াথংদি,
'ঐনা য়ৈবা রারকপনি' লোইরে কৈদোরুগনি ।
অমতম্নু খুম্নিদে ! মচিন মখা থোকপদা
পংঙাং ঙাংই হায়হুনা ইচা রারকপদনি !

'হায়, ত্তম্-ইয়া' ককা-তুক তাকপিবদি চাওবদা
তৌহনবিংদে ননাই ঐ !!- ওইনিংবা ওত্তাজো হায়রু,
ঐনা যৈয়ে কৈদৌনি। য়ারক্তনা 'তুবুদি,
মনাও 'বুংঙো পানানি, নচা নমাকনিদনা।"—
হায়রম্মগা চাওবনা, দোলাই পাবা কৌরক্লে,—
"কেগে চৈরাপ ইয়াম্বা দোলাই পাবা কয়ালৈ ?
ননাই ঐখোয় কুম্ব্রা লৈ।—তবা মঙা চোংথোকউ।
যৈয়ু খম্বা অমুক্কা, মনাও 'বুংঙো যৈবদি
য়াম্ব য়ামদে : মচেন্না পিশক পিরু য়োক্লক্লে।
পাংগন চাওরে অতুগা মপু সন' চোরোন্না
শেম্বি য়োকপি তম্বিগে নচা মমাক ওইবগী—
তৌরগবু মহাক্না, সনা থোগন কানিংদা !
থিল্লে যৈয়ু হৌজিক্মক্।" হায়রে চাওব নোংথোনবা
খুংতা লীচৈ পায়ত্তুনা চংলকপদা কুম্ব্রাদো,
লকক্ তৌই পল্লুরে। '"কিরি পল্লি যৈয়ুনে !"
চাওবা তামুক নোংলকই ! কুম্ব্রা অতু চংখরে :
খুমন মাগী মনাক্তা। ফৈরোইজাম্বা লৈরমই।
কুম্ব্রাতুবু য়েংত্তুনা "লাকউ লাকউ চংঙকউ !
'তম্বা কনায় য়ানংনো ? ঐ-উম্প্রিইও উরুদে,
খম্বা যৈগদবদি তাংজ ইহুন্ তমদরি !
শিগাদৌরবা মীবু, যৈন হেনরবোইরে !!
লেপই ফৈবোইজাম্বনা। য়াইহেশিংসি তাবদা,
চিংখুবদি শাংগংগ্রে।-"চেংলৈরাকপা অঙথা !—
অঙ্গা। কেগে লৈপাক্তা নিংখো ইচিন ইনাওনা,
পাল্লি ইপু খংবগো' হৌজিক সিদা ইপুখোই
নপা নচা অসিবু কয়ামুক চাওরবগে ?

করি চাওনি ইবুংঙো ! পিকাগ্রে ননাই ঐখোয়দি !—
'মপা পোক্তি' হায়দুনা [illegible]নস্থ হেক মহায়না !
নচানদৌবা অমুক্না 'তাংজা ইজন তমদরি।'
তরাই তরাই হেক মহায় !—হুদি মনাও ইবুংঙো !
নচা নমাক ওইবগী বাবনপিবা অহুগা,
পায়ম কুংদা অতোম্বা, চাগরকপদা চাওবনা
সিংখুনবা শা[illegible]দি তুলী [illegible] নেম্ম মথোংদা,
তৌবাং তৈনা ঈমপুন্না [illegible] করি চাওবা নোংথোম্বা !—
করি হাগদি কমিনো ! [illegible] হুরুদ্ধ হায়ফবা
মচা ম[illegible]ক মমাগি হাকগি [illegible] হায়দনি।—
নবম ই[illegible]কো [illegible]কনি—ঐদি হাংকে তৌবনি !
শি[illegible] হ[illegible]না মহাকপু [illegible]মাক্লমনদনী
খুঙ্গনপ[illegible]নি [illegible] ! চিংখুবগী মনাসি
[illegible]বাদ চাওবা [illegible]না অসাই মথৈদা
ডাংডিরিবা পুঙ্গসি [illegible] । [illegible]কও য়াম্ব-শা ।
চুম্না [illegible]নক [illegible] [illegible] হা[illegible]কনি ঐহাক্না !!
মনাও বুংঙোনি হাকনা খাউদবা অহুগা,
নিংদৌ পানবা ঙেপাকি খনুরেদো সোমদস্থ !!
ফৈরোইজাম্বা ননাইনা 'মরু হুনৱা' হায়বস্থ
ননাই চাওবা ঐবুনি ঐনা মৈরু হায়বগী।
সনা পুক্লিং অমুক্তা তপথবিয়ু ; মাসিদা,
চুমগীদি নংতনা তাংখিবগুম থোক্লমক
'ঐদি হাংকে তৌবনি' হায়রব সনা য়াথংসি
খিক্তং কনমনগদরা ! ননাই ইমাক খম্বনা,
মপু সনা চোরোন্দা অহুক হাক্না য়োঞ্জবা
কম্বা নৈস্নুংইগবা ; মাহুতদি ননাই ঐ।—

অতু থিনি কৈদৌনি ? -পিবা নত্তে খংনিংই।
ইচা ইনাইনি হায়না পংতৌ তৌবস্থু য়াদে,
হাংপ য়াদে। ঐথোক্তনী খ্বাই অসিগী ইথক্তা
নয়াম্বুং 'বুংঙো লৈরি। শামু রাকম হায়তুনা
নিংথৌমক্তা তৌবা ওই তুনা রাকম অমনি।
মনাও 'বুংঙো মক্কীদি, খিং রাংখিনি মতম-সি।—
মাহু খংদে নোংথোম্বা, হাংকে হায়না হাংপনি,
হিংজরকপনি মাদি মাগী চেং লৈজবগী।
লমজানি হাম্বরতুনা পংতৌ মক্ হেক তৌবদি
তৌবিগনু। থোংলেনবা, চাওবা মবাই মক অসি
লৈরিঙেদা। ওক্তবা, অকাইবা লৈরবস্থু,
তাকপিরগা ময়ামদা খ্বাই চংনা রারক্কনি।
ননাই সিদি হাংরুদি কায়দবনি অসিবু
সউন্না খুম্বা পুক্রি।। হায়রে চাওবা নোংথোম্বা।।
চিংখুবনা- "রাসিবু য়ান্না ঙাংমনখরেদা।—
ময়েকতনি যুবরাজ থোইনা য়াম্বা কৌদেনা।
পুক্রিং খর থুংফাংতে, ঐনা হংগংখিবদো, -
লানগ্রে খংউদবনা। মতুং তৌবিরগনু।"
খুম্মি চাওব নোংথোম্বা। চিংখুবনা শাওতুনা—
"তৌরে নংনা কৈদৌন।—করি পানো ইবুংঙো !
খুরম্লগা রাকংপা, তৌবিগনু ননাইদা।—
তৌনু তৌনু নোংথোম্বা ! পুক্রিং চাক্রিঙেসিদা !!—
করি রানো 'খোইবুস্থু য়ৌবাখগে হায়বরা ?"—
চাওবই রাঙাং অসিদা চিংখুবদো মৈ-থক্তা
লেপই, মেংথি-লাকখিদ্রে। চাওবা মাবু মেংতুনা -
"য়ৈদবদে নংবুদে।- নং হায়না। হায়দনদে।

করি ? নিংথৌ ওইরব্রা ?— য়াম্বনা ওইরিদনা ।—
মথংঙনি ওই-ওইদে — অচচা শিঙ্‌বু শিঙিঙনা ।—
শিঙেঙ ঙহাক মঙাইরে । মতম থারি ?—থাদনা,—
মোইরাং লৈপাক অঙম্বা, ঙানবিরেদো য়া-সে ?—
— ঙারে ।— কমাদৌই চুদে ?— ঙাংনবিয়ু অচুম্বা —
'চু'দ ইচা ইস্নু-কা হায়বা লৈনরি তুংদা :
থোক্লক থোক্লক মতমদা মমা মপা 'চুদনা
মাগী মা' ওইবনা ঙাংনজবা ঙারেদো ?
লৈপাক ঙম্পা ?ান্ত্রেদো ? মতুং য়ানরেদনা ?"
অসি হায়রক্লবদা থাংগলাকপা 'ঙম্বনা—
"চুমদে হায়বা মসিদা ঐখোয়গীদি ঙমদরে !—
চুদি তাংগানগী সিদি য়া অমা ওইবা ঙারে ।
মীচং হায়বা চু থেক্লে. মানা —মনাও বুংঙোগী ?
হোয়, ইচা নোংথোনবু. তৌর— নংথৌ মনাওনা ;
ঐখোই ঙমদ্রে মসিদা কৈম্নু হায়জ-লাকচবা ।।"
হায়না খুমই থাংগ্রাকপা ।। থাংগ্রাকপা হায়বা অসি.
মহৌশাদগী হৌনা মীচংন যুব্রাজগী,
থংনৈ মসি লৈপাক্লা মোইরাং চাওবা নোংথোম্না
য়াগী লংেগোই থারমই লেম্লে ঙানা তৌবগুম
যুব্রাজনা চংথৌরে । চাওবা মানা হায়রকই—
'কেগৈ লৈপাক তিনবদা চুপা পানা হায়রম্ব
নোংয়াই মাগী মপুদি মপু মোইরাং নিংথৌনি !
খুমন মানা, মপাদি পুরেম্বগুম কনবনা
মপু মোইরাং নিংথৌগী ঙৌরুবদা অকাইবা,
ঙাক্লরগনি মানা । হনা হান্না হাংহৌগে !
সোমদা তৌবা খবক্লা ? অসোনগীম্নু খনবিয়ু ।।

কেগে 'ওম্বা পুম্বনা ওইরো মনাও 'বুংঙোগী ।।
মপা থোংলেন, খম্বনে ইকু ইমাক্ লৈরিউে,
খুনম মবাই শিদ্রিউে মতম সিদা নম্বাম্বুং,
নিংথৌ মকম মুনবদি মতিক চাদ্রি নিংউম্ব ।।"
চাওবই মরা তাবদা চিংখুনন শাওবদি
লাকথুম্বনা চাওববু –"করি নংগুম্বনবু ।"
চাওবা কৈম্ব কিবিদে "নং হায়দ্ম । হায়দবদে,
নতিক চাদে হায়বদি, নগুম্বগা নতক্লা ! –
হায়দনা : হায়রিবনি ইকুক ওইরুনবু,
চাওবা' করি : চিংখু ।' কাঃ — মডক ভু
চাওবা থানা ককউরা [illegible] ওমদবাদ !
ঐগী থাংদি কবুক্লা' [illegible] শু ওয় কিগে,
লোইগে ঐদি কম্বুক্লা' [illegible] ! কিক্লে ! থোরক'
চাওবা লাওরে চোংখরে [illegible] লাদৈ লৈপাক্লা ;
'মীনা থাম্বা মাক্সি' [illegible] থোকপিরকওনা —
ফৈরোইজাম্বা' [illegible] খু [illegible] ওনান মাংপ্রগে ইপাদি,
সানা নমৈরাইনদি ইমকক [illegible] নহাক্লা । —
ফরে ইপা ইবুংঙো ! "মন হসেন লমডাগী
দমক্ মাংহ হায়বাদ মতিক চারে কুংঙাইরে !!"
হনখিদরে অনিদো লাওরে চৈরাপ তিনবদা !
চৈরাপ পুম্লাং লাংখরে ।। থাং পায়রুনা চিংখুবা ;
ফম্মদগী হৌগৎলে । থাংগনাকপা চোংসিনখ্রে ।
চিংখুবগী থাংদোন-হু ফারহুনা হায়রকই,–
"ননাই গিদি মচাকা মমাকক্কদি থোকপনি !
যুবরাজ ঙাইবিখো ! চৈরাপ্তু ঈ তারগা
হৌনদবা পবক্নি । মপু-মেইরাং নিংথৌনা।–

কুম্মৈ য়েংউ হায়দুনা ফজ্জানবরা নহোয়বু।'
হায়না দশ্তি পিরনি।।" হায়না খাম্‌খ্রে চিংখুবা।।
"ফৈ লৈপাক্না খাম্বগী তৌথ্রবনি, লক্কা দা
থোক্লমৈদি ঙসিদি, খলম্‌গদবু শুগ-ভুক॥"
হায়না ফমখে চিংখুবা। খাক্না নোকই চাওবনা--
"খাম্বিনবা লৈতবা ঐদি স্মুম্মা লৈথিগে !
তৌগদবা পুন্নমক যুবরাজ থনবিথো।
ইমাক শোকদবদি পোক্ত্রি হৌজিক মোইবান্দা।
ইবুঙোনা পানবনা নয়াম্বুনা পানবব। ;
য়েংগে হন্দক চাওবনা।" হায়বে চাওবা লেপ্তুনা।।
চিংখুবনা 'কৈদৌনি' ঐনা হায়কে তৌবনি।—
হাংলক্সু হাংকনি লোইথাবে ফৈ থাগনি।"
"বেবা লৈতে ননাইনি মতিক চাবা তৌগনি।
তৌবগীদি ঐখোইনা লানথা ভারি মপুদা,
নবমদাদ থংগা—।" হায়না লৈখে চাওবনা।
"থংনিলগা নেংখোম্বা' অদুম হায়ুসা, তাক্কনি।" —
"যুবরাজ! তাকপিয়ু, চাওবা ঐনা লৈরিভে,
তাঙ্গা য়েংনা মেহেল্লৌনি ননাই থোংলেন তাদ্রিভে।।
তাথ্রবদি মন্ত্রিনা শাদ-শাওইনগনি
লান্দ-লাল-ওইনগনি।" হায়না লাওই চাওবনা।।
'কবি রানো নোংখোম্বা। থোংলেন মানা কৈদৌনি।-
"হায়নু মনাও ইবুংঙো। য়াওরম্লগা মনাইশিং,
তম্মুরদি লোইথনি।" "কবি হায়না নোংখোম্বা?"—
"হোয় মহুম্মু তোকপীবো মরম সিবু ননাইগী—।"
অমুম হায়না চাওবনা পুথবকই রাফম্‌সি।
চিংখুবনা -"নমাক্কা ইচাগী কাদা মেংলি।"

হায়দোরক্রে চাওবদা। নাকোই খোংফৈ থাদুনা
নোংথোম্বনা "মাহৈইদি ননাই খম্বনা লাল্লি।
ময়েং করম্ য়েংলম্বা, মাহৈদদি খংনিংই।
পাংগন চাওই হায়গনা নিপা মানা নামাম্বু.
"ৈয়রম্ব- চরম্বরা ?" "মাহু নত্তে।" "করিনো ?--"
"মা লৌবক্ত নোংবান্দা পিখ্রগে হায়বা য়াদে॥
তুগী হাংকে তৌবনি।)৷ নয়াম্নুংদা হায়ুশা!
নিংথৌ নচিন ননাওন, হরাওবৈদা পিবদি ? -
তুবু নংদি নোংথোম্বা! চপ য়ুম্নম পাম্বরিবরা ?
কুমৈ ওইবৈ হায়র্বানি —করে তোকও মাহুনা!
চহি ভরেং নিংথৌগ পানাওনা থোইরেদো,
লমজেন কাংজৈ মুক্নাম্ন চহি মতা য়ান্দরে।
কুমসি মুক্না থাওনা : থোইরবদি লমজেন-সি
ইমোম ইচা ইবেম্মা পিনি হায়বিরবদা,
লমজেন মুক্না খুমনা থোইরে থারে নোংবানবু!
হরাওবগা ইয়োইনা হংগংনরে নিংথৌদা,
স্ময়া পিবিরবানা। চম্মা পিখ্রবসিবু
পিনবরেও হায়রবা ! নমোম মচিন হংথিসি।
নজাহংনরেননা ঐদি খাজাদ পাবুং মাথং
হংগনি হায়রবদা য়োবিক-য়াই ইমাকপু।
নমোম মাচন হংদনা হংগংভনা নিংথৌদা,
ননাই ইমাক য়ৈবদি -লমজা মাগী খনবদা
ননাই ইবুক থুংদরে -খিত্তুং চুমফাং তোইদরা! —
ইচাই মচিন হংবদা ইনগে হায়রে নোংথোম্বা!
সিদা য়াদে নমারা। অচুই দমক্ ফুবনি!)—
তুাদ নঙাইহনেমনা চেল্লক্তনা খম্ববু,

মুংথিন মী-কিদম্ খৈ—অহিং লাইকিদবুন',
খুমন মাগী থরাইবু কন্নবগী হোংননা !
মপাই-বুংজোনচিংবা ময়াম তানথাই হায়নদি !
হৌজিক ফাওবা লোম্না ইমাক লাইকংলিবা !
অসি, ননাই চাওবনা মীনম্মুনা য়াগনি !"
হায়রে সিদা লৈপাক্তো—"নতিক ইথিক চাদনা
তাংউগনু ওসিদি।" থামৈ সুন্না মরম্নাই।
কনা মনা—"অহুদি, হায়ং নাহায় এথাইনা,
থোক-অরদি কমদৌনি ?—মাহু তম্মুন্নু খংউ,
চাওবা থোংলোন হায়বসে খম্বা ফৈরোইজাম্বম্ব,
মীপোক অম-মম্ ওইবনি বেগে হায়বা সিদা।"
সুন্না তাংনৈ শোন্নরে। মমৈ থংদা চিংখুবা,—
লাইজ মানা কংপরক, তুখুল তারক্লবদ,
পিকশিল্লক্লবতুদা মথা তাবা য়াদরে।
চেনবা য়াদ্রে খুমখিদে খুম্ফম নৈদে লেপখরে।।
মিকুপ থর লেপ্লগা মতু লাঙ্গান্দা চেনবগুম্
চুগন্নবা—"নোংথোম্বা ! ঐদি অহু মড়াইরে !!"
হায়না খুমই চিংখবা। অতৈ মখা তাদবে।।
চাওবা মানা শিংবগা অচৎগা ওইবদা
রাকম সিদা চিংখুবা পুমপুন ওইনা পুনখরে।
চাওবা মানা "অহুদি মনাও বুংদা চংওসি,
সনা চোরোন য়োৎসি ! যুৱরাজ সনা পুরিংদা
চাকইবদি মৈ অমি নয়াম্মুংনা নতুনা,
মুংওম্মরোই অতৈনা। চাওপা থোগল ইল্লগে।
যুৱরাজনা অসাইদা 'ঐবু সুন্না তোৎরে—
কমদৌসিগে অত্তম্বা তাকপিরদি চাওববু,

সনা নাকোং তাদ্রিবৈ মেঙসিয়া হায়রতুনা
খঙবনি চাওবনা। হায়রে যুবরাজদা।
যুবরাজনা—"ঐহাক্তি, য়ৌনিংলেদো অসাইনা,
থিল্লে চাওবা নোংপোক্পা চংসি সনা চোরোন্দা॥"
হায়নখবে অনিদা মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনা চোরোন তম্লক্লে। চাওবনা তুং থংলকই—
চৈথাপতগী সংগাইদি পরি তরামুক লাপই।
'লংখাং সংগাই য়ৌদ্রিবৈ সিদা, থংবা ঙমদ্রেদো।
পোকপস্থ য়াই ফজ্ত-ত্থুং।" খনথিবনা চাওবদো,
তপথাহোই খরদং। মতম সিদা চিংখুবা
মবুক-তুদা খল্লকই "তপথাহোরে চাওবসি!
য়াম্থুং নিংথৌ য়ৌবদা হংগংনগদবদা
কিরতুনা তৌবনি! খংগনিদে ঙসিদি।
হংগংলগা য়াম্থুংদা ফোংন হাংকে খম্বসি!!"
নাপন তৌখি মবুক্তা। চংনরকপা অনিনা
খোংলোল অহুম য়ৌরক্লে। মতম সিদা নিংথৌদি,
পায়ম-মুংদা ওল্লাংই। সংগাই মাংগোন্ তাংবন থক্
মাল্লং ইচিক্ লাংতুনা মনাও ইবেম্মশিংনা
সনা থোগন তৌতুনা খুদোং ওমচাক্নরাম্ম॥
সনা পুরিং লাওবদা লাংবন্ উরুম শক্লবী,
মনাও 'বেম্মা অহন্দা 'পাম্বোম চোংই ঙসিদি'
স্থম্না তানরতুনা তৌনরম্মি য়াখন-সি॥
অনি চাওব-চিংখুবা, সংগাই স্থমাং মতোন-তু
য়েনরকপা মতমদা কংখৎলকই খোংকাপ-তু,
চাওবা নোংথোন্ অঙম্বা। উরে মওং নিংথৌনা,
চাওবা মাগী মরম ... েনা, মুংশি কোংব-লৈরিকচাম্,
ইমক্ মরু চংলকই। পিস্থম্ স্থকই চিংখুবা॥

"লৌশিং চাওবা চাওবনি, রাখন তরা থোকইবা—
"পোকমিন্নবা মনাওনি লয়া খুরক্লবদা
মপু সনা পুক্লিংদা কবক্লা 'ম' লাক্কবা,"
খল্লি স্নয়া চাওবদো ॥ পুক্লিং খঞ্জানরকপা
অকি-খোংথাং অত্তুবু শংঈ নিংথৌ মপুনা ॥
রারকবা মনাইনি পুকচেন চাওবা নিংথৌনা,
মাংদ-থংবা মনাওবু হন্দো না তুংদগী
মনাই চাওবা কৌরক্লে 'হাওজ-লোইজা' পুম্ববু
ফৈরা থোংনা রায়নবা চেংলৈ লাকপা নোংথোম্বা !
অয়া মম্বু চনবরা' শানৌ তোনবু ওসিবু
কশাও মাংওইনবা উহ ! চংলকউ লাউ অনিমক্!
চাওবা হান্না খুমকই "ননাই চাওবা লাকচরি,
সনা চোরোন খুরুমগে।" চেন্সিল্লকই অওম্বা।
'চাওবা মানা হানখ্রনি, খনখিবনা চিংখুবা,
অনি চেন্সিনমিন্নরে মনাও 'বুংঙোনা য়েৎতা
নোংথোম্বনা ওইবোমদা মপু চোরোন কোন্দুনা
তুনক্লরে অনিদো ॥ মপু মোইরাং নিংথৌনা—
"চাওবা কৈনো থাদোকউ হৌগৎলুনে নোংথোম্বা !—
ননাই চাওবা থাদোকওই ! থাংদা ননাও 'বুঙোগী
চোরোন কোয়া অশুম্না প্রান্ থাজগে ননাই ঐ !—
কৱিগীনো নোংথোম্বা ! শানৌ তোন্স্ থাদোকউ !
হৌগৎলুনে নোংথোম্বা।' হায়না য়েংকা ওইগনা
চিংখৎপিরে নিংথৌনা। "নংবু হাৎলগদোবা !
মতিক লৈবা কনাগী ?" 'মতিক' হায়না ঙাংঙকই
শাওই সনা পুক্লিংদ। মমাক লমজা শোক্কপগী
লুংঙাইখিদ্রে চাওবদো মিৎতা পিম্বু তাত্তুনা,

লমজা মপা মমানা মপু চোরোন অতুদা
মনিং তৌনা চাওরম্বা ! লৈখিদল খনবগী,
ছিরু কপই নোংথোম্বা লেপই সনা মাংতুদা ।।
চাওবা মতৌ উবদা মোইরাং নিংথৌ মপুনা—
"নোংথান ! কনা লৈতরে, করিগীনো কপইবা ?
অতোন ! কৈদৌনবগে, নংগা ঙসি নপুগা ?"
হংই কল্লপ নিংথৌনা । "ইয়াম্বদি থরদং
ঙকই ঙসি করিনো ? করি দৌনরবগে ?
করি কায়বা নপুনা ? মতিক চানা রারক্কে ।
হায় হায় 'য়াম্বদা !!" হংনিরকই মনাওদা ।।
চিংখুবতু হয়াওই । "ননাই ঐনা চোরোন্দা ;
মোইরাংদগী ঙসিদি সমু মীকোক মঙাদং
পিনবিয় নিজগে !" হংগংলকই মনাওনা ।
ময়াম্বুংনা "শানৌতোন ! কনা কনানো মীদে ?
নুপী অমা, নিপানা মরিনি—চাওবা, থোংলেন,
খম্বা, খমু অমনা ফেরোইজাম্বা মপাইনি !!—
নংদি করি দৌনানি ? লৌয়ান শংয়াল্লগেরা ?
মাতু যাবা মীশক-তি, অমতম্মু যাওদেনা ?
মথরাই নিজবনি !—কয়া নং হা-চাগেরা ?
মীহাংপুংদা পুদনা হাংহন্সিরা লাম্মাবু ?—
সনা চোরোন কুপানি । ঐবু তৌজো নত্রগা
পিবিরগা মকোক-তু, লাম্মীনবু হাংলম্মা ।"
সুম্না খুমই চিংখুবা ।) মপু সনা পূক্লিংদা
'খংগনিদো ঙসিদি' সুম্না শিঙেঙ, অতুগা
মপানথোংগী রাইদা চিংখুববু নিংথৌনা—
"পুংঙাইরমত্রবো নংনা ?— মুংঙাইতরে ননাই ঐ ।।

নুংঙাইত্রবদি নংনা, অমুত মমৈ থকপা
ইনাওনিদো নহাক্কি যাম্না ফরে, অত্থুগা,
কৈদৌননি খম্বুদে ?—মশমত্থু কোক-থোক্লগা
কেগে কথেন থুদিংদা খুঙোইনগে মাবুনা ।।"
হায়রে । নিংথৌ চিংখুবা যুবরাজগা ঙাংনবা,
রাকম অসি তাবদা নুংঙাইথিদ্রে চাওবদো ।
মহোয় মহোয়বু হায়বদা কাঁর মতা শাওরমদে ।
'ইমৌবু পিব্রবদি নিংথৌন' ঐনা পিরোই'
হায়ত্থুনা থুনই চাওবা । নিংথৌনা —"উই চাওবা ! নং,
খংদ্রা ? ঐ ইনাওনা চাংইদৈদা করিগী,
'মসু ঐনা ঙাংইনা !" হায়না চৈরে চাওবদা ।
ঈঙ্গিং তৌই নিংথৌনা খংই চাওবা তুমিল লৈ ॥
মনাও য়েংনা নিংথৌনা "খম্ব পিবদি ঐগী
ইতিক নত্তে শানৌতোন ;—মহারাণী লৈতরা !—
ননাই ঐ লৈ —সেংসে তাও ! মুন্না তাওকো রা হাযগে !
মুগা ফাগে হোংদোকউ ! শুমজিৎ পায়ু থিনগন্থু ।
লাংদেং পুংং পুরকউ হামুক সুম্থ যাইওংস্থু,—
সম্ কোকপা-মা লৈতরা কোকথোকহল্লু নশমদো ।
খম্ব পিয় হায়নি নিংবদা ননাওনা,
ঐনা পিবা ওবাদ থোকখিদরে খম্বুদি ।
খুঙোইনগে হায়রিদো লমজা মাবু মোইরাংদা !
- খম্ব হায়বি অত্থুদি নতৈমবুদি মামা
চাওবা হোল্লি ; মরম অসিনা ওইদে 'যাম্বই ই তিক্কি ।
ইয়াম্বনা ঙমজবা খম্বই মচুৎ সিনবদা,
হাইফেৎ অত্থুক যাবদি, মহারাণী নতৈমা,
অহল অসি মঙাইরে ।—চংলু চংলু ইনেম্মা !!"—

কৌশিল্লক্লে চংলক্লে। মহারাণীনা "ফরে!
ইরাইবক ফত্রে ঐদি! ইমোম্ খম্ব্ই মহুৎপু
শিনবা উমঙ্গরবদি। নয়াম্বগা নতেমা
ঐগা অনি মাংসিদা ইমোম খম্ব্ পল্লম্ম!"
মহারাণী হায়রগা মুগা ফাগে হোংউরে,
লাংদে পুংম্ম পুরকই থৌরাং পুমম্ম স্বহুনা—
লাঙ, ইবুংঙো থিল্লম্ম! নংহৌররোই থোরকও,
খুঙ্গোইনরে ঐহাকপু!" হায়না মহারাণীনা,
চিংখু মখুং পায়হুনা চিংগদোরে মতমদো!!
মতাংসিদা নিংথৌনা মহারাণা কৌহুনা—
"তারিবরা ইবেম্মা! চৎত্রিঙেদা ননাঙনা
পোং অমত্তা ননাঙদা পিরমখো তুক্ লাকখোদা!
করি পোং ওইরবনো?" হংই মহারাণীনা।
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"ঐগী খুৎম্ম থাং অদো
পিনরম্মু ননাঙদা।" হায়খিবগা চংখরে,
মহারাণী থাং অহু হুগা কৌবা লাইহুনা,
খুৎম্ম থাংশাং পায়বগুম খুতুম চেংনা-পায়হুনা।
চোংথোকখরে ইবেম্মা! চিংখুবগী মখুত্তা
মখুম য়াওদে থাং-অহু মহারাণী পিখরে।
থিন্দে মোইরাং নিংথৌনা—"করি শোইদ্রি শানৌতোন্
'মরিগী মকোক পিম্ম' হায়বদাইনে নহাক্না,
থাং অহুনা কক্তানা, লৈথৎকেরা খুজিন্না?
শিল্লেদনা খম্বগী তৈম মহারাণীনা!
মরিহুগী নয়াম্বা ঐন শিল্লবনিনে।
ঐগী কোকসি লৌরোনে! থাং লৈরেদনা অদো।
অতৈ অহু 'য়াম্বনা কদায় পিবা উমদগে!!

পল্লমু লাও কক্ অরো। লমজা খম্বা হায়বদো
শিল্লবনি 'ঋাম্বনা !! ইয়াম্বনা' লৈত্রগা,
এংখুরাংবী ইনাওনা মহারাণী ওইসনু,
নংনা ইফম শিল্লোরো ! মতম 'তুদা মরিদো
ইনাও ননিং তৌহৌরো, হাংচাহৌকো ইবুংঙো, !
পায়ু থাংহ কৈদৌরি ! 'য়াম্বই ঙক্ কক্-অরোনে !"
হায়রে ;(মাতু তাবদা চিংখুবদো মমখরে।
"লাও করি পল্লিবনো ?" ইন্সিল্লক্লে নিংথৌনা ।।
তাঙ্গা সিদা চাওবনা সুত্র ওইনা লাওরকই।—
"হায়রি মরি 'তুদগী 'মদি শিবে ইনিংথৌ।—
করি ! চাওবা কনানো ?—খুমন্ লঙ্জা খম্বনি।—
কৈদৌঙৈ ?—ঙসি অহিং !—কমদৌনা ?—লৈপাক মীয়াম
চংহনা নিপা নিফু মঙানা ফুরে তেংদম্,'
তুদগী ফুবা লোইরে, তারে পুমতেক তেক্তুনা।
মপু মোইরাং নিংথৌগী লাংগোই য়াইশ পুথোক্লে ॥
শামু খুহুং অহুদা পুল্লে অমুক অঙাংসে,
কাথেন সোম্ম-কারন-থা চিংলম্মে , শিবমক্তি
শিন্দ্রি, চোরোন উরগা প্রান তংকে নিহৌরি।
অহুম তুম্মু পিবিখ্রো।" লমজা মাগী থনবনে,
মোইরাং চাওবা মিৎতুদা মপি তানা হায়রকই ॥
চাওবই মরা তাবদা মপু মোইরাং নিংথৌনা
মায়থোং ফাওবা কাংশিল্লা—"হরি ! হরি ! মুংঙাইদা !
শানৌঙোন যুবরাজ ! মুংঙাইরেদা ইবুংঙো !
রানা ঙাইরম্নবোইকো। ঙসি শিল্লো 'য়াম্বগি
খুবম অসি নহায়া !! নং খংদ্রব্রা ? কম্বিনো !
ইকায়দবসিগা" হাই ! নংনা নকম নাইববু,

কুরাক অমা ফারুব্রা ? পেরেং অমা তাল্লুব্রা ?
খরি চুম্বহৌম চুমহৈ, চংলা ; তিঞ্জুম থনাংহৈ !
থিল্লে নশক য়েংনিংদে !!" মহারাণীনা—"আদোম !
মুপাক তারিব্রা ? নয়াম্বগী ময়ুম্নি !
ইতৈনগী সাঙ্গমা শাজবনি মুম-অসে ;
হৌদিক ফাওবা ফম্মিব্রা ; এবু পুরো হায়রে, নং
করি পুদে ; অতুগা থাং পিরে করি লৌদে ?
নখাখনা পান্দুনা তৌনিংবদা তৌবরা ?
তৌনা করিগী তৌদে ?" হায়না চোংথোরকুনা
সনা চিনা লেংবহৌম শাওহৈদবা মহাক্না,
সনা হুকচাং নাক মখে পালয়হল্লা শাওরকপা ;
নিংথৌ মহারাণীনা ভাংডে চেরে চিংখৎবা !
হন্দ্যায়বদা মডাইরে, হান্দাযবদা মখাক্লে,
থংলেন নশংম্মুদুনা, খাপা থক্কো কমথরে ..
মনিং তৌবা পাংতগী লাইজা তুখুন তাবদা
চাওবা মানা খুম্মপা লুম-দা চংবা লাল্লাওম্.
মপু সনা মাংহুদা মতু হাপোন পোনথরে।
নরাও লৈবা ডমদ্রে—লৈখোকুনা চেনখারে।
খল্লখি ননতাজনা—চানখরেদা ডল্লোক্লা।
এবু করি ৎংগীনো ! তৌরকবা থবক্নো ।।"
খম্ব-খমা মাকপনা মোইরাং চৈরাপ য়োরক্লে।
চংশিনখরে চৈরাপ্তা। "চংবো লাকত্রে" মখাক্লা
খৈৗ 'কেনো' অহুম্লা ময়াম ডরং লাওরকই।
চিংখুবদে মতেংদা তুমিল লৈবদা ডমদ্রে ।।
হিপরৈ মাগী কণ্ঠনদা খোইদৌ খুকই মুংডাইতে।
কানেই মাইরাং হনা। লৌমারাকপা অতম্বা।

খাম্বী লাকপা অনীনা--'য়েংউ য়েংউ' তৌরিসে!
হাংকে তান্নবকপনি। সিবু করম নিংথৌনা
কনগদগে ক্ষৌজিকপো। হায়নসু মপুনা
য়ারোইদনি ঐথোইতি!! চুমই চুমই হায়নখে।
পুম্নিন নিনখ্রে 'চুমই'না চৈরাপ অত্তক চাওবদো।।
সংগাইরোমদা নিংথৌনা মনাই নোংখেন য়েংলুনা--
চেংলৈরাকপা অওম্বা' নমাক নংজা খম্ববু,
শিদ মক্তি নিদ্রিকো' অহান '—নোংলেন ফাবনা'
—ননাই হৈরাঙ তাবিরোই। ননাই ঐদি তাকখিদ্রি
খংদ্রে করেন পাঙগীদি' তানি য়ারোই তাদনা'--
তানি চুমই লেংথোকপা' ঐনা চেরাপ খোঙজরা?--
হৌঃ লেংথোকপিদনদি' ননাই হৈরাঙ করম্বা।
খাঙ্বিগনি ইনিংথৌ নপু চোংরোন উদ্রগা
নিংথৌ য়াম্না চাৎনা লাকচ নাহুম-চাংদোইরে!
খনখিগনি ননাইনা''--চুমই ইপু পোকপা-তাম।
ঐনা চৈরাপ থৌমিজে সিদা হায়না থমক্তা
খুমন নমাক অত্তক উইবিরদা ঐহাক''
লাঙ হায়ুগনা নোংলোম্বা'' [illegible] হায়না খৌ।
লেংব ওমদ্রে ননাইদি'—ঐগী দোনাইদা ইপু!—
মাতুমক্তি খম্ববু:—দোন লৈতে থৌমিক্তি
নাম্বু নরে নমাকতে। খুনগিম্বু [illegible]নি
কাওরবরা ইপুদে কাংফাঙৌ পানবদো।
লৌরু নমাক উম্নগে'' মনু হায়দুনা কৈথানে।
সনরেং দোলাই পুতুনা খুমন পাবু লৌরুনে।
খম্বা সনরেং দোলাইদা সংগাই স্তুমাং মতোন্দি
য়ৌরকপদা ইরেম্মা, মহারানী অহুনা—

"খুমন ইচা লাকএরো।" কৌবিরক্লে মনাইবু।
মচেম খম্ব পোক্লবী তুংইল্লকই মৌপ্যাগী।—
"ইনিংথৌবু ননাইদি লমজা ইপা খম্বগী
থৱাই পিনবিয়্রকো।" হায়না চেক্সিল্লক্তুনা
তুরে সনা চোরোন্দা। থাদোই মচা ইবেম্মা!
লমজা খম্বা মহাক্কী দোলাই কোঞ্জিন পায়নদি,
মথং তুংবু ইল্লকই। মপান নিংথৌ উবদা—
"ননাই লমজা ওইবগী প্রান্ পিনবিয়্।" হায়না
সুরা ওইবী অনিদো মিংসা পম্বাল লকাদা
চিংজুম লাইজ ইফুংথোক থিংজেন লাইজ ইনমথাই
তরং লাইজ তাত্নদা হিক্রা হাইনা কপ্উরে।।
মপান্ নিংথৌ মচাগী মনাইশিংগী মতৌদু
উরুবদা কুংভাইত্রে। সনা মায়থোং অত্নদা,
মুক্তা পরেং নদৌশুম পিগী মতুম মতুম্মা
মাবথোং অত্নু চোংলকই। কেগে চাওবা নোংথোম্বা
লেংয়ান খুদৈ লৌত্নুনা পি অত্নবু লৌথোকই।
মহারাণী কপ্লকই' চাওবা নোংথোনবত্নুনা—
"তৌবিগন্নু হৌনদে মপু ওইবা শিংত্নুনা
মিংতা পিবু তাবদি ননাইশিংনা উইহেদে।"
হংগৎচরে নিংথৌগা মহারাণী অনিদো.
ঙৌনা য়ানা চিক্নুনা থামই তরং লাইজ-দু।
চেক্সিনখরে ইবেম্মা মোইরাং লৈবাক অত্নগী
মমা ওইবী নিংথিবী মহারাণী পুকফবী
খুমন্ লমজা খম্বগী পায়রুই দোলাই কোঞ্জিন্দো।-
-'খুমন বুংঙে ইচাবু কেদৌরগে!" হায়রুরে।
খুমন মানা 'পলেম্মু! ননাই ঐদি য়াৱেদা!

সনায় তাংবন থক-তুদা, সনা চিংগী চিংদোন্দা,
কেগে খোঙ্খি কাথেল্লোম মায়কৈ চাকপা মতমদা,
সজিবুগী অয়ুক্তা কোরৌ হুন্দোরকপগুম
পুমঙাং ভাংনা ভাল্লরে কেগে চৈরাপ ময়াইদা ॥

১

স্নাংবর্ন কাবো পয়ানা শিঙজা কোকথোং লাকপগুম
মোইরাং নিংথৌ মপুনা মোইরাং চৈরাপ তিনববু
সনা য়াথং লাপ্লরকই :—"কেগে চৈরাপ বিজয়া
হায়ুনা ফম্মি ময়াম-সি ! অচৌংবা অমত্তনা
ভাংনিংমথৈ ভাংথোকপা ভাংনিদবা মথৈনা
হৈবোং মন্নং তিন-দোনা স্নয়া পংলৈ মরৈবা !
লৈপাক নিংথৌ পানবগী মনা মথিন থুংদবা
অরেম্বনা ফম্বরা ? চিংবু রোয়দি তম্বরোয়,
অম্মক য়াম্বা অসিনা মরুং কুম্না নোম্নগা,
নিংথৌ ঐগী ইফমদা লোইরোং ওইনা পিবনি।
লৈপাক থয়েন তৌনবা খমজবনি ময়াম্ব
প্রজায় মরন তিংহুনা, অচম অরান থিবিয়ু ॥
মীগী মরন চারগা মীগী মকা থোকপদা
করি তুমিল লৈথোকাপ ; প্রজা ওৎননবা
থম্মিবরা প্রজানা। নিংথৌ প্রজা অনিগী
খনদিদনা করম্না ওম্বা করম ওইবিরি ?
ময়াম চাবিরিবসি যুব্রাজগী মরম্না ;
ইবুক থাকপিরবদি প্রজাবুদি কিদনা
যুব্রাজবু কিবরা ! মী অনিদা করিগী
থাদোক্নুনা ময়াম্না করম থংনহনবগে ?"

মম্নাম অচু—"চুমইদা" অমুম খৈম্ন মসেন্দা ॥
নিংথৌ ম্নাথং ফংবদা খাখঙনবা, ঙাক্লংবা,
চেংলৈহনবা,—ফোক্লংবা, মরি সিনা লাওরকই ; —
"ননাই ঐখোইদি হায়জে অঙম্নদি ওইবদা
করি লৈতবা ফন্থা ওইবদগী ঐখো ইস্থু
কনজবসি ঙমজদে। ফমথক্ ঙাক্পা ওইবনা ॥ —
ফমথা ফমথক হায়বদি ; মাস্থু দোলাই মতোংই
নংস্থু দোলাই তোংইনা ! মথক মথা হায়বদি,
খমদ-যাদে খমবনি ! অওইবদা, অচৌবা
ঙাংবা-হায়বা-লাওবনু অঙাংমক্পা ওইরস্থু,
নংগী নংগা নমাংদা লেপচরনি কনানা ?
ঐনা খংই লোইননা ! নহোয় যোতোন তৌজরো !
খোংলেন-লাক্-অনি ;" হায়না লাওরে চৈরাপ্পা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা। লৈপাক প্রজা পুনবা
অচৌবগী রায়েখে অরানববু লাক্লবা
কেগে চৈরাপ তিনবনা, যুব্রাজনি হায়দুনা
মনাই য়েংবা বিচার লৌদৌ অসি উরকপা,
খোকচরুবা খম্বগী মপা মচা ওইবগী
লন্নাই ওম্ন খোক্লকপা উরকপদা নিংথৌগী
চাওবা মাগী লন্নাইগুম রাবা-ঙমখৈ মুংখয়ে !!
ইন্দ্রি নুংদা চাকপচু থাম্বি মৈথু ফাওরকই
অঙোম নিংথৌ য়েংদুনা মপু মোইরাং নিংথৌদা,—
"অঙোম নিংথৌ চাওরেদা ! মোইরাংদা অঙোম চাওরে !
নহান মখৈদি ঐনা নোংবান মাস্থু ঐগীনি,
অঙোম নিংথৌ যুব্রাজ মহোয় মখৈ মমুংদা
চংলম্নমান্নে অমা ! নিংথৌ ঐগী ইকম-সি

শিনগে লাংলম-মাল্লেদো। চাওবা, থোংলেন, ঐহাক্না
ঐখোই ওয়ে ঐখোইনা, অতোনগা অঙোমগনা
ঙস্মে ঙম্লা পানবিয়ু। চৈরাং ফঙ্খা মথৈস্যু ;
(অতোন যুব্রাজ রোমদা লোবিথরে উজরে।
প্রজা অমা—নিংথৌগী ওইরবদি ময়ামসে,)
নোংখোন মতোম থাদোকওই যুব্রাজগী মথক্তা
তৌরমফমনি শিটায়সি।" অসি হায়রে নিংথৌদো,
মৈনা মতোন নেংখরে—অঙক চাওবা চৈরাপতো
তাংগোই ওইদে হায়মখে মঙাংরেদো নিকথরে॥
ঈনা পুমডাং ভাংখিবা, অনাংবদি লৈরাংগুম,
লাইকন্নবা চরৈনা মারেন ফারোন লুপথিবা।
লোইরাং চৈরাপ মাংহুদা মুংবা মরোং কেনবগুম
নোংযাই মানা তারুবা! খুমন মাদি মোইরাংগী
মরন ওইবা নিপাগা ওইবগুগী খনবনে।
লমজা মায়কৈ দোমদগী মাইর নপাও লোবনে,
খম্বা মশক উবদা খমোহ শেং-শেং কায়নরে!
ঝুক্-ঝুক্ লোইনা হৌগনে ফঙা লাকপা যানদ্রে।
অকি মৈনা নিংথৌগী খুশি মৈনা লমজাগী
মালং মান তেংবাংবা নমজাও খাম্বী অনিনা
কেগে বিজয় চাকলে। মা পুম্বা নিকথরে॥
হংগংলক্লে চাওখনা "মনা পুক্নিং অমুক্তা,!
ভপথবিসি, লনাক্তা যুব্রাজ মনাও বুংঙো
খাইগী থক্তা তাওখবা মনা যাথং ভাইবিখো!!"—
"থংভে চাওবা নোংখোম্বা, সিবু যানরবদি,
নৈবহ করি কাল্লনি। (নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না
শানফদবা প্রজাদা লংজরেদো হৌজিক্কি!)

খম্ব-থোইবী-শৈরেং

লৈপাক্ পুবা মখোইনা চুমদ্রবদি ৱায়েন 'চু
নিংথৌ ঐগী ইথক্তা তাবনিদো পাপ-অদো।
লানফদবা লৈপাকতা, মুপী অঙাং লমজাদা,
লাল্লবগী নিংথৌনা মাংফদবা লৈপাক্তি,
মাংনা হৌনদবনি। পাপ্প, চেনবা নিংথৌন্না,
পাল্লবগী হৌনবা, নোংমা মিকুপ অমতং
মৈশা লাংবা মঙাইদো। অহি মুংথিল অনিদা
খনগদবা মঙ্গানবু খন্দহুনা ঐহাক্না
ইশা ঐগী য়েংহুনা, কবম ঐনা পানখিনি,
মাংজবনা হায়হুনি য়োংনা থুমগুম্ তুম্বগুম
মতম লোইবে হৌজিক্তি।" হায়না নিংথৌ ৱাথরে॥
মপূ মোহবাং নিংথৌগী সনা পুক্রি লাংববু
লমজা শোকউবহুর্গা, চাওবা মানা ইংনবা,
"সনা পুক্রিং ইনিংথৌ ভপথবিযু" হায়হুনা,
হন্না হন্না থানজরে॥ অমরোমদা নারোন্দা
চ ওবা মনাই অনিদ, থোংলেন তান্না থারকই॥
মুম্না নৈনাবঙেদ পুংকক্ তিল্লে মোইবাংগী
খোরি কথেল অহুবু! মুপী অঙাং মযাম্ম,
উবে খুমন মহাক্নী উনগী মচেং মচেংনা
পল্লম্বদো চেপাইদা শম্মাং শমদোং কম্মানা
তারমইবা থিবিকমু, কথেম ৱান্না লাওরক্লে।
কেনো কৈনো হায়নরে॥ (কৈথেন নকূপ মথৈনা
"হা ইচিন ইনাওশিংবু! ইচানিপা পোকফদ্রে।
লৈহৈদবে লৈপাক সে! লমজা নম্ম ভাফদ্রে!
উরবরা তৌরিসে? উইনে কৈদৌরবগে?—
খন্নই মৌপা লাইরবা লমজা মগী মউর্ম্মি,)

খম্ব মাগী শমদোংনি !) য়েংউনেসে উল্-অসে !
লাইরবদি অঙাংদো লৈরমখিদ্রা হৌজিকপো !
ঙরাং ইন্নুং থেংবদা লাংগোই খোংদা পুন্দুনা
উপ্ল তারে উপ্ল-চিং সোম্ম কারন থাহনা
কথেন চেগাই থক্লিদা হাৎকে থৌরাং তৌরম্মে।
ইন্নুং ঙানফাংত্রিঙৈদা, থংঙক্লুনা মুরাদি
মজাইবেম্মা থোইবীনা পম্ব্রৌ মপা ইবুংগো
চিংখুবগা নোংবানগা ময়াম তাঙ্খাইজহনা,
লমজা মবু ফংনরুই। থরাই মক্তি মাংঙমদ্রি
উতুপ তাঙ্গম তারম্মে। (নোংবান চিংখু অনিদৈ)
মুহ্লৌবনি থাদোইনা। ইন্নুং ঙাল্লকপহদা,
ময়াম তানরক্লুনা, মুজা মচেম য়াওথরে।
ফৈরোইজাম্বা মবাইনে মমান চাওবা থেংনখ্রে।
মক্তাইবেম্মস্থু য়াওখি। মবাই হুনা পোত্থনা
কেগে চৈরাপ তান্নদি, পুমঙাং ঙাংখ্রে ঈদনা
পুখংখরে ময়াম্না ! মনাও ইবুংঙো, নোংবানগা
অনিহুনা তৌবনি যুব্রাজদি য়াওবনা
নিংখৌমক্তু খন্দ্রেদো য়াওরিদরা করিনো !
চিন থোকপাদি য়াদরি: নচিন নরৈ ককখিনি !!
হাই হাই তাহৈদরে হাই তাহৈদরে ! পাম্মুইদা !
করি ধর্ম্ম কৌবনা ! লৈহৈদরে মোইরাংসে !
লমজা অদো পাম্মুইদা ! লৈপাক্কীদি মাইরোংদো
অঙোম নোংবান যুব্রাজ ফত্তেদকো অনিদো !)
অনি অসি লৈরবদি য়ারোইদৌরে পানবদি !
নিংথৌ পান্দ্রে লৈপাক-সে ঙাক্পী শাগী লৈপাকপু
ওইরেকো মাংঙেদো ! মোইরাং নিংথৌ মপুনা
করি রাম্মেল-লগনা !!" মুম্মা ঙাংনরকপনা,

অতুক চাওবা কথেন্দো অরৈবস্মু লৈদরে,
অয়োনবস্মু য়োনদরে, পুল্লপ পুল্লপ তাশিনৈ।
উ য়ুংবগুম লৈনখ্রে : লমজা চুগী গনবদা
রানখরে ময়ামদো। মিংতা পিবু তানখি !!
কেগে থোংলেন মহাক্কী অশানবা মনাই মুপী, |
শিংজা কোকথোং অমগা, ইন্সাং কোকথোং অতুগা
পোং অনিসি পুহনা সেম্বান হাবী অনিসে,
চেঙ্খংলকই কথেন্দা, তারে মুপী অনিদো '!
"হীঃ করি রানো ! সুম্না মজাই-বুংঙোবু
য়ৈরে হায়বা রাসিদি মপা-মমা অনিদি,
তাহৌদরি" হায়দুনা দম্‌দম্ থাদরমহনা,
চেনখ্রে হন্না য়েংঙঙমদে ।। শিংজা কোকথোং অহনা
তারে লশিং মথক্তা ! লশিং য়োনবী অতুনা
লংঙে অমুক শিং অদো ঙায়োনফমদা তারুরে।
তোংলে ঙাগা লশিংগা য়ায়োনবীনা লংবদা
কাব্রং য়োনফম য়ৌথরে। কাব্রং লশিং ঙা 'হুম-সি
কোংলে শিং অতুনা !! ইন্সাং কোকথোং অতুনা
চাইরে সংগোম য়োনফমদা সংগোমহুগা ইন্সাং
অনিতুমা তিন্নরে ।। 'মীগী লশিং মরক্তা
মীগী কাব্রং ঙারক্তা মীগী সংগোম মরক্তা !
য়ানবীদি কনানো ? ওক্কবীদি ওইদবা !"
শমগা শমগা পায়নরে। খুদোম্বীগী লাল হৌখ্রে।
য়ৈনহৌরে কথেন্দা ! থামজিনখি মৈদা
"থোংলেন মনাই মুপীনি—ফিংঙহুনা তৌবনি,
লমজা মপাও অম্বা চেনখ্রে থোংলেন মনাক্তা !
লমজা মাখীদমক্কি, মাঙসম্ব কেদৌগে ।"

চাম্নহৌবে অম্নুম্না। মুপী অনি চেল্লকপা
উরে চাওবই মনাইদি নিপা অনি অমনা
শক খংই অনিমু মরম দুস্নু খংখরে।
"কৌয়না দুক হ'দাকসি, তম 'মদা চংগ্রস্ন
ত্নদা চংসি উনসি।" হায়না নিপা শিংহুনা
মুপী অনিবু কৌই। কৌরকপ্তু তাবদা
পাখংখবে চেল্লকই—মুপী অমনা 'মদা,—
"হা যাইম মুপী চেল্লো। 'খোইবুম্ন হাংকে লাক্রে।"
হায়না চেনখিবহুনা থোংলেন মানা মাংগান্দা
হিদাক থকইভে মাংদা চেনশিন্দুনা তুরুরে॥
থোংলেন ফিংনা- "কবিনো— লাকএ লাকএ ইবুংঙো!—
কনা লাকপগেন-হাই? লাকই চুবান থাবনি?—
হীঃ! চগদবী শিংসে। বুদ্ধি তাখো ঙাইথোনে,
কৈগী যুম্নদা তোকপনা চংবা হৌনদবনি॥—
লাকএ 'বুঙো ঙসিদি হৌনদবা হৌনরে!
তানিংদেন হাই! দং-উই' মৈতেগা পাঙনগনে
হিয়াং তাম্নবগুম্বা রাগুম ঙাংব-শাবুনে॥—
দো ইবুংঙো লাকএ দ!" চাওবই মনাই অনিদো
চংলকপতু উবদা কিগ্রে মুপী অহুনা॥
অনি হুদা থোংলেনব- "কনা কনানো হাই?",
হংবিরকই অথোবা! "খোঙ্গ নতাগী মনাইনি?"
থুমজে নিপা অনিদো। "ইতাও হায়দে?—নোংথোনগী!—
হাই' দং! য়োংশিং সিবুনে! তাম্নবগা করিগা!
অতুম ফাগি তৌবদি হৌননিংঙাই ওইবরা?
থিদা ওক্কবাইবুনে!!- মাঙ্গু নত্তে নমাই 'খোই।
মুপী 'নিসি ওক্রবা মুপী ঙাংনি ইবুংঙো!

তাম্বোকপিংথা অথোবা ! করি দৌরুদনা ! —
ননাই ঐথোই অনিনা 'থুবা রা ওইবদগী,
অথোবব সংগাইদা লৈবম-লাক্-অম্মোইদরা,
অবৈবদা থিজুনা হুংগংকেংদ খনবগী
হুংনিংজুনা কৌরুরে, ফিংগ্রিবনি অতুদা ॥
ইবুংঙোবু কৌজগে লাকচননি ঐথোইদি,
নতাও যাথং পুজুনা ! — চে নৈলাকপগী ! — 'বুংঙো !
করিগীনো শাবাওবা লাম্বাম করি লৈবগে ? —
নতাওগী শাগী লানগী পাওদি থোইদোকপা নত্তে,
নপাবি 'বুংঙো লৈত্রে । করি ? — নপারি লৈত্রে ! —
চাওবই মনাইশ । করি ? — নপাবি খম্বা লৈত্রে ! —
হবি হবি করিনো । বাসিংদ হায়-হায় ! কৈনো !!
কবি শানো ইচাবু ' নাবস্থ নত্তে খম্বা ।"
হায়রকপদা থোংজেল্লা, তাওবই মনাই অনিনা —
"থোয়ুম থোরাং নত্তে । হাই ! অতুদি করিনো ? —
শামু লাইনাদা ভাইবং মথুং চংনা নাবনি । —
করি রানো অতুদে । শামু লায়না হায়বদি,
ফনা কুইরে ঐ অসে, তাথিদরি 'সিমদি " —
ইবুংঙো মস্ত্রি অসিনি । — অহিং তাংলো 'থেংবদা,
দোলাই পাবনা কৌরে । 'কাক্কা শামু তানগনি,
খোরি কথেন্দা ভাইরে মনাও 'বুংঙো থোক্তুনা,
অহিং কুমগদননি, হায়বৈ হায় ইবুংঙোদো ॥
মপু যাথং ওইবগী তংভাইফদা লাকপদা,
নিপা নিফু মঙাগা নোংবানগনা য়েরে ।
শমদোং শমদোং ফোইরে হায় ; তুরবদ নচানা
ককচেং ওমগুম ওনজুনা কথেন তাম্মা পুরগা,

মথং খন্‌বা নিংথৌগী লাংগোই ম্নাইশা পুথোক্লে।
শামু খুত্থংদা পুল্লে। কাথেন চেগাই শৌশা থক
কংেন সোম্ম কারন চিং ঈণ্ডাং পাক্তক্নে লোইরে,
চিংথুবনে নোংবানন্দে অনি মান্নরক্তুনা"!
ইন্নুং-তু উরকপগা মজাইরেম্মা থোইবীনা,
মুরা ছোরী খুৎতা পায়, তানখাইত্তুনা ময়াম-সি
খুমন মাবু মুংহন্নোই।) মচেম মবাই তাকুনা
কোরৌ ভান্নক্লবদা তিল্লে খোরি কথেন্দা।!!
নতাও নোংথেন থেংনরে ময়াম সিনা পুখংখ্রে
মোইরাং চৈরাপ য়ৌহৌরে ঙখা লোইন ভিংহন্নোরে।
লেংথোক হৌরে নিংথৌম্নু হংগৎলুদি হায়ত্তুনা
অথোবগী চোরোন্দা ননাই এখোই লাকপনি।"
হায়রে নিপা অনিদো। খুমন মপাও অত্তুনা
থাংলেন মাবু ওইত্তুনা চাওবা মাগী মরানা
চুংগোই তন্না ওংঙরে। অথৌবাদি থোংলেনগা,
থেংনখরে অত্তুমদো।। "হৌজিক শিংদি নচাদি
য়াইবা মাংলন্নগনি কেগে চৈরাপ থোংজিন্দা
খরাই লাইকন্নহৌরি। থিল্লে মস্ত্রি লেংবিরো।।"
রাসি হেক তারকপদা, থোংলেন পুমঙাও ভাওখরে,
থোংলেন্না লাওবে "হাই-হাই! এগুম্বগী ইচাবো
পারি বুংঙো খম্ববো! করোং খুকুম্‌গে, মোইরাং
লোইগে, অঙোম মাশানা কেগে মুংজং ফুল্লগে!
কেগে সেন্দ্রা হোগায়গে! হম্নুবী চিংহুম ফুকে,!
নাম্ন চিংদা শোয়রৌগে! কেগে খোরদাক হু-রীগে!
উঙাম লেন্দা শোয়বুংবু তন্না শাগে ঙসিদি!
ভাথা পীরে অরোংদা! লেংনগে কৌগাক চাওগী

ঙারি। থোংলেন ইতিক্নি! মোইরাং নিংথৌ মপুদা
তক্ক তক থনম্‌গে। মনাও ইবুংঙো কোম্বুং
তুম্না হাংকে।) নোংবান্‌মু, চিংখুবা তাংজ শোইগে!
ইচায় লুখা থানগে! `মাক্লৌরেন ফৈরোইজাম্বা
ইমোম খম্ন, নুহোংগে।) মীতম্‌ঙা ওইনরগে,
লোইনা অংগোম ফাহুন'! যুবরাজগী মীচং
ইচায় হৈজিং হৈরাংবু ওইনরগে হান্দক্তি!!
ইমন ইপা লাক-অগে পারি 'বুংঙো ঙাইবমথো।।"
লাওরে পোইরং 'থোংলেনবা) শাদমগে লান্দমগদি,
হায়রহুনা থোংলেম্ম হুর্গা মায়দি লাওরক্লে।
নাক লাংদা লৈরম্বা খুজেং খজাই অতুবু,
থোংলেন পায়হুনা পাক-হেক—লংলকপবু অমুক্তং,
সংঙাইসেন্দি পায়বগুম চিংথৈ পাংনা পাইখরে।।
ইংথোন চিথেক চিংথৈগী পুখ্রিগী মন্থুং অতুদা
ঙান্নু মতৈ মনাওবু চাকতাজনা লৈরম্মি
ঙংঙহুনা কোন হুনা পাংরহুনা তাবদা
নল্লে ঙাক্ত অনিদো প্রান অতুম্মা খাখরে!!
জাব অনি থোংলেনবা ঃখুৎ চোংপা হৌখরে!
ঙান্নু অনি শিবদো থোংলেন থাপ্লপ উরকই।
থোংলেনবনা—"জীবশা! ঙান্নু নতৈ ননাওদি
রারৌগন্নুকো নহোত্ন! খমন ইচা খম্বগী
লান্দম্বদা শোকখরে! চেল্লা নতৈ ননাওবু
লেম্না মাংদ ওইসন্নু নিংথৌ মচা ওইনদি,
"পোকউরোকো অনিমক।" হায়না বোর লংজরে।।
অমুক য়েংগে হায়হুনা তোংজে তন্না লংঙকই।
ফৌম্নু সংদা পাইসিনখি সেন্দাং মতৈ মনাওনি

অনি অমা নল্লুরে থোংলেম্বা—ওসিদি
জীব য়াম্না শোকইদা ! মক্ষবরা ফনিদা ;
রারোম্লুদো নংহায়স্সু ! খুমন ঈচা শাজোগী
লাকচ কাওজ লমন্বু শিংগে ঐনা নিংবদা
নহোই পুখা শোক্লেদো, নহোই পরাই মাং মথৈ
লমজা তেংবাংলবনি । লেম্ম মাংদ ওইসনু !!"
বোর পিথ্রে থোংলেম্মা !! খেক্ল অমুক লাওরক্লে—
"ইচায় করোং খুকুমগে, ডাইথোং তোম্বদি ইনা
তমগে, ইচা লাকচবা কাওজ লমন্ খুম্মগে !
করো তাইবোং লৌথিবা, মল্লরো লাংবল্—লৌওল্
লৈক্লম্ববু ইপানা করোং মন্শিং তাল্লগে ।
খুমন ইবুংঙো ইপা লাকএ তোম্পোক রারম্নু ।—
ঐগী ইচা ইনাইশিং ! চৈনা মুবা নাদবা !
তান-থিনবা কিদবা, অকি নৌত মথৈদি,
চোংথোরকউ ।" হায়না নাই-শিং কৌথোরক্লে ।
নোংয়াই মাগী মপাওদি কাওরেন সনাও মচাগী
ইমা হায়বা থোক্ষম-ওই । মচাই মখোন তাবদা
থমোই ঈপাক অহুদা ঈগী ঈথক হৌথরে,
অমুক মপাই পাওহুনা থোংলেন মাগী নায়কৈদা
খাম্বী ওইনা হৌরুরে থোংলেন থোংলেনবী, মনাই
লোইনা হৌরে কাংবুদো । মহোয় কোল্লুপ অহুদি
খ্বাইগা ইমান মান্নদে । মীনা যৈনি নাগনি,
থাং-না তা-না শোক্কনি হায়বৈ কিব লেনদে ।
বিদ্য থম্না নৈরবা মীশিং হুনা হুরাওবা ;
ওসি চাং-তুক য়েংগনি থেংনগনি হায়বদা
অহুক মতিক হুরাওই শাফম লাম্ফম অসিদা ॥

কোম্লুপতুগী মীশিংদি -কেগে লৈপাক অচৌবা
মীশিং লাকওমদবগী হুয়েল লানবু থোকপদা
খেন্দে চাইবেন খুন 'মগা' থেংন তারক্লবদা
অমতংগা চংশ্রগা মোইবাং তেংগোন পুহনা,
সেনাপতি ওইবদা মানা মহেশ্বরবা
অহুগুম্বা মক্তনি। অমা য়াওদ ওকপহ
নিপা চহম চোংথোক্লে। য়োংকী সারং হুংদগী
থাদোরকপা নোংশানি হৌবে ভাইবে য়াখংদে।
খোংলেন মন্ত্রি মচাকী। খংলেনবানা -"ইবুংঙো।
নং ঐনগা মপ লম। কেগে চৈবাপ অসিদা
কানিংলগা হেৎনক, কানিংদ্রগ তোকথোক।
চুমদরেদা অখাং। লেংখৎলে নে চৈরাপ্তা।।
হা। হৌদোকাম্লনবপা। এগী ওইবা হৎবা।
অঙোম *শাযবু মৈ-খাগে, রাজ রাংগোন তম্পাক
মথুম খাম্বা। মৈ চুগে কেগে চৈবাপ শিদোকে'
চবা মক হেনা অহুক কায়রবাক তরা হুবু
চখোম মতং চানগা ঐবু কাগে ইবেম্মা'
চডিক নোংজিক লৈববা খব য়েংউ হজবা!"
খোংলেনবানা 'কৈদগী শাবু পানবু চংপদা
ভবাং ভরাচজিকপ্ ঐনা খৌবাং তৌজনি।—
ইনাও রাইমা অতোম্বা থিল্লে চংঙো কৈদৌরি
চংলসা। ঐস্থ চংলকে।" মচেম য়াথং ফংজরে।
অনি অহ চংখরে। খোংলেনবানা "ইবুংঙো।
নোয়ুম খোংলেন হাখিহু!" হায়না পুক্লিং ফাখরে!
খোংলেনবাদো য়েংখবে।—"মাজ, নচা শিদরি।

* শাযবু—য়ুম

ময়াম থেংনরুবগী তৌবদনি খম্বদো !
ফনেক শোয়দোম শেংঙেগী লোয়ুম থোগন তৌরকপা !
নংগী গুম্না শোইরোইদো পারি বুংঙো কৈদৌদে।
মতুংদগ্ন শোরোইদো লুক-নিংথিনা হাখিসি !!—
নুংঙাইরেদা ইবেম্মা ! পারি খম্বা শোইরোইকো ?—
শোইরোই বুংঙো ফিংবিন্ন ! নংনা থোইবী ওইবনা
ঐগী মাঙ্গোল ওইগনি :" হায়রে থোংলেন তপথখি ॥
ইরু ফাংলেং লোইথরে থোংলেন ; চংথ্রে হুন্ত্রবী।
থোংলেন যাত্রা চাক্কিনি খুজাই অমা লৈজরি।
পুজা তৌনা থম্মীবা। খুজাই অত্থু পুথোক্লে।
যাত্রা চাক-তু থোংখরে। যাত্রা চাক-তু য়েংবদা
তরা মচং মরিদং চোংখংতুনা লৈরমই।
থোংলেনবীহ্ন হরাওখরে। তরা মরু মরিহু
লৌথোক্তুনা থমখরে। -"সন্দোং পাংবা ইচানি,
মৈরম ইবুং চাওবনি মপা মচা অনিগী।
চিংখৈ পাংনা তরাদি লোয়ুম মানি, ফরেদা
মঙ্গাল ওইরে ঙসিদি।" খঙ্খরে থোংলেনবী !
মঞ্জ কাদা তমজরে চাক্কী লৈথোন অসিবু
থোংলেন পুক্লিং তপথরে। থোংলেন চাক-তু চান্দ্রিতৈ
লোরক্তুনা সাজোনবু লোইরে হুকুম তৌথরে ॥
মুখ করাং তাবনে, থোকচাও শগ্ন-নেংপ-ও
মাইক্তাও কাং মরি, পাপান ভাবমগী পাত্রো,
লৈরাক্ লৈচন্, থুপতেক ভাতেক, তিংদম্-মান্দম, ক্কেতু
লৈখুন্ চংবা, হোরিবোন্ লাংখোং চোং, চুরা মনি
চুঙাং থাবা, পান্-থাবম্ পালুকোক্-অসিনচিংবা
নিংথৌ চহুম লানগীদা সাজোন তৌবা লোইখরে ॥

হুই মরিনি, থাদোক্লে। লালোইনবা হুইজাওনি।
মচু কৈমান ঙাক্কনি, নিংদোন হেল্লপ রাংলবা।
মরি সিনা থৌবনা কৈবু ওখাক ওয়বা।
লানগী সাজোন উবদা থোংলেন লানশা-তু
লাংগোই সফম্ থিল্লক্লে খেক্ক খেক্ক খোংলকই।
তমব নিপা নিপান্না চিংথোকউরে সগোন-দো।।
মমৈ, মনা থেক্কংলে ফাব-লাকপা ঙমদরে।
অরাম্বাই তেন্দোং য়াল্লে। থাংশাং হাপই। মরুমদা
উকং ছোরি ফুম্মক্লে। থোংলেন মাগী লান শাদি
তোংদে মরক ময়াদা লান্‌ফমদদা তোংবনি!
লান্দা হৈবা শিংবদি মপা লৈতে লাংগোইদো।
মশোং থাংপোক উরুম্-শা, খুজিন লৈম তোনব-শা!
খুজিন মরি মঙান্দি, লোইদাম নিপান্নি পানবা
থাজ মঙান হেনবা শা। চিংথোরকপা অমদি
শাবন নম্মক পত্থদা কোক্কোন লান্না চোংঙকপা!
মখোং মরি অত্থদা তাণ্ডব-মরি অহনা
অমমন্না পাত্থনা—জগোই হৈবী হুপীনা
পুংগী পুংলোন তান-গা-নেং চোংন-জগোই শাবঙুম
ঙংব-খোংব চোংঙকপা—স-রুপ্প নাকথংনে,
সমায় ভৌব-কোঙ্গান্থিন লাংগোই তুনা পেক্লকপা,
স্বর্গ কিন্নরকপঙুম লাংগোই, তাণ্ডব-মখোন্না,
অকিবদি ওইখরে থাংজিং চিংজাও নিক্লরে।
লোক্তাক ইথক হৌখরে। লাংগোই সমায় মথক্তা
ঙাক্লে মচুই ফিরান-নি বিজয়-বানা থেংখবে।
সাবন হাপ্পা লোইখরে।। ঙাইরে থোংলেন মহাকপু,
চিন্নুম য়েংলোম ওইরোমদা নিপা অত্থম অত্থম্না,

পাম্মম লাংগোই লান-শাবু :- মতু চুংই সাগাম্দো
থুংস্থ থুংলাই শান তুগী অমুক-তোইন স্থরক্লে।
লিরুং অমমম-তুনা কন্‌বা লিংব-অতুনা
থৌদরবা তেন-তুবু, থৌনরবা লিরুংনি
তেনগ-থাংগ-চুংগোইগা, চুং অমগা তা 'মগা
থুংলাই চিংগুম ৈশরক্লে। তাসোন তাদি খংনিংতা,
লম্বু তাপাক্ হংডাই-তা লাংসোয় তানান্ লুন্ন-তা,
অরাং লয়োমগী তাপাক্। কুয়, করাক্, তেন্দোং থাং,
থাংগা জাংস্থ সুথরে হৈজ্রাং ফাওবা যাওখরে !!
তরা চথোম তরেংনা থোংলেন মবুক থনখরে।।
"ঐ পুক থল্লে ইরেম্বা সিদৈ হেৎন চারগা
য়ানি পুবচেৎ নাহনি।" হায়না থোংলেন তোকখরে।
থোংলেনবীনা থোংলেনগী তরা তেংস্থতুবু,
ওইরোম পাংনা চিংথোক্লে তরা অতু চাজরে।
তাসোই অতে অতুনা সেবা তৌবা হৌখরে।
তরা চাবা লোইরগা থোংলেনবীনা—'ইবুংঙো!
হুয়েন মায়বু পাকনি। ঐগী কাংবু, তুবুম 'মা
জম্মোই চিংনবিগম্ম।" হায়জরুরে থোংলেন্দা।।
লুইত্রি য়াংকোক থারোইস্থ পাদম্বম্ব পাজুরে।।
থোংলেনবীনা—"লোয়ুম্বা! মাঞ্জ হল্লক্রিফাওবা,
শারি মপাও তাদ্রি-ফাও, ননাও শম্বু থোক-অম্মোম।"
হায়না থোংলেন হঞ্জবী থুরু খুদক কুন্দুনা
থোংলেনবগী মমাংদা সম্লাং অতু কম্থোক্লে,
তম্না শম্বন পুনখরে। ফনেক অহন্‌বা অমা,
নম্মহনা হঞ্জবী চৈর খনিক্ খনাক্-নৈ।
সেংগাও য়াইপুবী তুনা কান্নক থোইদোম থাহনা,

লাইরা অমুক শোন্দুনা সেংগাও অত্ত য়েপথরে ।।
মুক্তা ধর্ম্ম ওইবগী খোইদৌ মুংদা কোংহলোংর
মবুংঙোগী থরাইবু লেংদ' হীরি কোনথরে ।।
খোংলেন লাম্মী মখৈনা মাগী ?গী খুংলাইছু
পায়নখংর শেমথরে। শাফী কানফী শেংলক্লে।
হাপ্লে সাবোদ লাম্পাং নিংথৗ ফীনা শাইজোম্বা,
ছুগী মথক অদদা অককৃপা নমথরে।
ময়েক ঙাংবা-চিংলাই শা, 'মুবা হিরেন শানা-হাপ!
তুবি মাগী ময়েক্লে লাইরেন্ মাগী মওংগা
চরৈ মখৈ নিংথিরে।। পজেং নান্বা মথক্তা
পজেং নানবা অম-হাপ। ফারান্-নান্বা মথক্তা
ফীরান্ নান্বা অমা-হাপ: শেম্বা শাবা লোইথরে।
লোইবু লোইফাংত্রিবেনা, নোংমংদে খোংলাওবস্তু
লৈতে ইহাঙ হাঙননি ইংকায় কোয়না তুংওইনা
ইলং লংনা খোংজেনবু বুগি নোংথাং কুপ্লক্লে ।।
মনাই-শিং—"কৈনা কৈনো। দুর্গা! দুর্গানি।" লাওনৈ।
"জয় ওইগে!" হায়দুনা খোংলেন সোর য়েংদুনা
খোংকাপ য়েংলৈ থাংলক্লে। মন্ত্রি মশক উবদা
খেকপা-লাওবা! চোংঙকপা লাংগোই লান শা হুনা
নোংথাং কুপ তু মডাইরে। সগোনছুগা খোংলেনগা
অনিদুদা উবদা অতৈ মীদি থমথরো,
মুত্তি লৈথাক তিন্নবা কিরে মনাইশিংহ্ ফাও!
কোরৌ মঙান মপৃংফা, মুমিৎ লখা অমনা,
চাকথেকলগে হায়দুনা প্রলয় মুমিৎ অহুদা,
পৃথি ময়োন পুম্ববু থোরকপদি মুমিংকুম,
মোইরাং খোংলেন অথোবা, কোরৌ লাংগোই তোংবগুম
কারে লাংগোই থক তুদা। মুংশিং মুংশা থৈথরে

জয়গী ধ্বনি লাওরক্লে। পাজেং কীয়ান অপুম্বা,
কোম্লং লোমদা লৈরক্লে। মমায় নোংপোক পাংথরে।
ময়ুম তুংওইনরক্লে। মনাইশিংনা য়েংবদা
উবে থোংলেন অহুম-খক থোংলেন অনি মাং-তুংদা
য়াইদা অমা চৎলকই তেংগান অহু চপ্পনা।
ময়াম অহু ওক্লবে—মুবনা—'তুমিল লৈয়ু
গুম্না সুম্ম মখাংউ।' সুন্না খামই ময়াম-সি ॥
থোংলেন লান-খোন তৌরক্লে। থাংজিং কোল্লু নিক্লক্লে
কিন্থদোরে চিংমায়হু লোক্তাক ইপাম' য়ৈবদা
থাংগ চিংহু পায়দোরে মোইবাং হায়বা লৈবাক-তু
লপ য়েংশন্না হায়রক্লে। বেগ কোংং লান থোম্না
উফুল ওইনা পাইদোরে। মোইবাং থক্ থক নিক্লক্লে
হাংলু ফিল্ল হায়নবা মোইবাং নাকোং সেগাইরে ॥
অনা অযক অঙাংশিং শমু থক্তো হাংবে।
থরাই থোংজিন যৌদদা খক্তাবামদা ওল্লক্লে।
কৌদ্রিউৈনা হৌবক্ল মুংশিং মরি থোংলেনগী।
মোইবাং খুল্লক অদা প্রোক পোক নৈথবকহু
হুমগংলবপ মুংশি না উনি খানি থংখিদ্রে
লৈতম পম্পান মান্নথ। "মাঙৈ মাঙৈ কবাম্নো
লাম্লাইনবা মুংশংনি পোংজন হায়ল-লাহুলৌব
মচায় লান খুমগেদি—মাঙৈ মাঙৈ কবম্লো'"
কনা মনা 'ইনম্ম' নৌপা পোইদা কথিনে।—
হোয়ান 'খোইশ কাখিনে' ইনাও য়াইমা কমদৌনি'
মুপীদনা কবম্না যুম্বানগনি মাঙেঙদা।
পাপী যুব্রাজ নোংবান' অঙোম মচা য়ানবা॥"
সুম্ম চৈনৈ ময়ামদো। কোংগায় অম্না লেপ ওম্নাক।

লম্বীদুদা থোক্লুনা থোংলেন মাবু লাওরকই।
খুৎতা থাংশাং পায়দুনা লাংগোই সয়াং থক্লুদা,
তাওব মরি অছুনে নিপা চছুম অছুনে,
তৌরকপদু উবদা—লাওরকইবী মুপীশিং
কিখিবনা অমতা মমিং পাংদে উইশিল্লে।—
'মন্ত্রি লাল্লোই তাম্ববু। পাপী অঙোম কাংবুগা
চিংখুবগী মরান নি। ঐখোয় খ্বাইদ য়াওজদে।
নচাই মঙ্গাল ওইসনু। লৈপাক 'খোইধু হাংপিনু।"
সুম্না ময়াম কপ্লকই।। খোংলেন মানা (—"প্রজাশা—
ইনা ইচেম ইচনশা। অতৈ পাম্বান শোক-ওইকো।
মাগী মাগী কম্মগী মতুংইনবা লাক্কনি।")
লাওই খুমই অসুম্না।। ময়াম শোকওই হায়দুনা
পোৎথানখি ময়ামদো লুপ্ই পূক্লিং খরদং।।
থাগৎহোই ময়াম্না মঙ্গোল ওইয়ু হায়হোই।।
ক্বাক্কা মুংশিং মরিদু য়ৌরে খোংলেন নাক তুদা।।
খোংলেনবনা মরিদে মনা তোন্দা মমায়দা,
থারদুনা খুবাক্কা—"নহোয় মরি য়ৌরম্মা।"
থাগৎলক্লে চৈরাম্পু। তকৃখৎলক্লে মরিদো
প্রলয় মুংশিং ওইদুনা। থোংলেন লাল্লোরকপগী
কংগ্রে ধবনি অদুবু। মুংশিং মরি অছুনা
মোইরাং লমজাও অদুবু ফল্লোং ফোনজুম কোম্মৎগ্রে।
মাংডে মাংডে হায়দুনা পাথৎনয়ে লৈপাক্কতো।।
চৈরাপ থোংজিন য়ৌবদা চৈরাপ থোংজিন তুন্দগী,
পামেল কেলি পাম্বীদু লমনি লমহুম্ কারগা
খুদেক্লুনা মুংশিংনা মালেম লৈদা খাদরে।।
চৈরাপ থোংজিন কুনখরে। লোইশাং মঙুংদুদগী

হেন্দাকহল্লে মী অমা। ঙায়োক চক্ষু হুংদগী
লৈম্লে মাবু ফাবগুম লৈপাক মাংবা তাথরে
থোংলেনবগী মথুংতা, হুংশা থিনখিবনা
চৈরাপ তিনবা ময়ামদো মাহুল-লরাই কানরে।।
চৈরাপশংগী কাচিন্দা পুল্লপ পুল্লপ তাসিন্নে।
চেন্সি লাল্লে থনথ্রনি। মায়োক ম্যাসি ঙমখিদে।
ল'হৈজ ইরৈ কনবদা থোংথোং উখোং অমদা
কাঙশিং শিংতেক পনবগুম চৈরাপ য়ুম্বী অমদা
থুপ্লে নিপা কয়ানা। হেন্দোরকপা কোঙ্গাইনা
চৈরাপ সংগী লমদমদা চেঙক্রুক পাম্বা অমদা
তরা তরা থুপ্পরে। উপ্রাক্লনা হিপ্প-য়াও
থুক্ল খুদক কুন্‌বা-য়াও খোংলেন কিনখিবনা,
মমিং অনি উইশিল্লি, মায়গী মথৈ লোংনখি।
লোংলি নিপা মাবুদি লৈপাক পুথ্বা' উরকই।
মাদনদা উজদে। হান্না লোংলম্‌হৈববু,
কোন্না লোংপা লাকপনা থেংউ পাকউবহুদা,
খংপেক খংই লাওরকই -"ননাই ঐদি য়াওজদে
লমজা মাবু য়ৈ-লাকপা।" মমায় লৈথোরক্লনা
স্থম্না কিখিবহুদা।। থোংলেন পান-খোন তাবদা,
কিখিবনা চিংথুবা মিহুন চোইনা লৈরমই!
কেলী হায়থরকপদা খংখিহুনা চোংখংপা,
হুগী তারকপদগী লৈপাক কাইনরকপহু
খংখিদরে মম্মুরে। কোরৌ হনব' ফাবগুম,
মমিং ইলং লংঙমই, উখোং তমফা খিনবগুম।।
মম্নাম অসি মপুংদৈ, নোংথোম্বা, ফৈরোইজাম্বা,
মোইরাং নিংখৌ অহুমদা চেন্দে অতৈ লোইথরে।

"লেংগম্নু লৈপাক" হায়না মোইরাং চাওবা লাওরকই।
ফৈরোইজাম্বা মচানা "অসাইদি চিন এত্তুম্না
তুরগনা, করি লাংই। নিপা থোকপা চোংথোকউ!
নোংবান কৈদা থোকউ লান-খাম্মুদনা!"
লাওই চাওবনা—"মনাও খুবুংঙো কৈনো! থোকউ!
ভক্তি তৌগে তৌবিরু, লাম্নেংনগে লেংথোকউ।
সনা হাকথং—নোংবানদে!" চিংখুবদো মহাকপু
কৌরকপা অথুদা ভাবতু হাগফেং তারকই।
তাংজ লৈদা লুকথরে হৌন চেন্সি চেনওমত্রে॥
নোংবান থিনরকপদা "কাবক্ত্রি নোংবান" হায়রে।
চাওবা—"অঙোম নিংথৌ" চাওইদা নোংবাল অসে!
নচা নৎত্রা নহাক্কী মহাংকে তৌরম্লগা,
পুরকউ কবি লোংলি তাদ ইপুংঙো কেদা!
এনা খংবা রা নওে। যুম্ তোঙান্নববনি,
মনাও খুবুংঙো এদি কৈদৈ খংজরুগনি।
কবিমতা খংজদে" হায়রে অঙোম নিংথৌদো!!
চাওবনা—"মনাও খুবুংঙো! করি থোক্লে, হি-থৌবা!
কৈনো তুমিল লৈবরো! ইন সল্লকপা অথুদা;
নাহেথরে চিংখুবা, মাগীনি হায়বা অমা
উরক্কবা, নোংবাল্সু লোৎলে মাগী মযুমদা।
খোংলেন সাল্লোইনরকপা লুংশিং অত্থু উবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুন—"খোংলেন মাগী গুনসিদি"—
সুম্না খনখি লুমিল্লো॥ সুম্না তৌনরিঙৈদা
খোংলেন মানা লাওরক্লে—নক্সিল্লক্লে লম্দমথু—
"মপু মোইরাং নিংথৌবু সনা পুক্সিং লাংবিনু।
নোংমাই ইচা য়ৈব-তা খোংলেন এগী হরান-নি।

চিংখু-উরা তেহৈলেবা, য়াংব-মহা পাঞ্জুম্বা !
মনাও 'বুংঙো যুব্রাজ'! অঙোম নিংথৌ মপারি
মোইরাং নোংবান—অনিদো থোংলেন ঐগী লাম্মাংদা
লাকহনবিয়ু ইনিংথৌ। তাংজা লুরেন ককতুনা
ইচায় লুখা থানগে।" থোংলেন নোং থাকথগুম,
লাওনা লাওনা কারক্লে। মঙা মকী য়াইমবা,
মহাবীর অর্জ্জুন্না বিরাট মাগী লান-তুদা
মুংঙাইতবা মৈদগী কৌরোব মাগী তেঙ্গোন্দা,
খোংমী লাম্মী কয়াগী জীব অমা থাকনা,
তেন অমমম য়েন্ন-থা থুংখিবগুম অর্জ্জুন্না।
ঙসি কৌবা কোরৌদা থোংলেন মানা লাওরকপা
মোইরাং মীপুম তিংনদি নাকোং সেগাইগদৌগুম
তাখ্রে। লোইন-নিক্লরে। তেংগোন নিন্বা লাওরক
লানগী মখোন অহুনা থাংজিং চিংজাও পাইদৌরে।
কেগে কংলা তম্পাকময়ুম লানগী মৈরী রাইরক্লে
শুরে খম্ব-খমুম্বু সেন্নু থোইবী তারক্লে !!
লমজাউ খোন্না চারুকপা খাম্বী মৈগী মৈমাংদা
ইকং ওইবা প্রজানা সজি মচা ওইরবা,
চিংখু নহা পাঞ্জুম্বা মনাও তুনা কিজবা,
মতৌ অসি উবদা লাইজ ওইবা নিংথৌদো—
পুক্লিং রাংবা লৈখে তা নুংশি কোংব লৈরিক চাম্,
চিম্বান থক খা কংখরে লোইবী মানা ওইবদো
মালংবগী খোজেন্দা পুক্চেন তপ্পা নিংথৌনা
তৌরে সনা বুদ্ধিবু। মোইরাং অওম্বা
কেগে ফৈনা রায়েনবা মনাইহুবু য়েংঙক্লে।—
"ইপু চেংলৈরাকপবু ! মফাদোক্কী মফাদোক

মখামদোক্কী মখামদোক নতাও মম্বিগী মৈসে
মুৎপিহ্নুনা ইপুনা লাইজ ওইনা নোংথোম্বা'
রাখন তৌবিযুদা !—লান্ মায়োক্নগদবা,
লৈরি অজ্ঞা, ইনিংথৌ !!—ইপূ কনানো ?—ননাই
নোংবান ননাও ইবুংঙো। অনি লৈরিবদবু !
সনা পুক্নিং করিগী চিংনবিরিবা লাইনিংথৌ।।"
হায়না খুম্মে চাওবনা। মোইরাং নিংথৌ মনাওদা—
"শানৌ তোনবু' ইনাওদি শাদা-লান্দা হন্দবা,
লিংজেন ফবা ইনাওনি থোকও কৈদৌরিবগে ?
নংতনদি মী-'চাবু য়ৈরোম্দবনি নংনা।
থাং তা য়াম্না হৈবদায় ? হৌগৎলসি, থোকপিবো।—
নহাক থক্কীবু মোইবাং তুম্বদি তৌহনগম্নু।
থোকও, থিল্লে, থেংনরো। নংগা পোকমিন্নবদি
নংবু যুবরাজ হাপ্পদি কেগে লৈপাক তুম্নব',
হাপ্পবনে শানৌতোন' অহিংদদি হৈরগা
হৌজিকতি উচি মখুন চংলবদি করিনো ?
তাংজ ইকাইদববা ? হু চাত্নুনা শিনিদো
ঐ ওইরম্নবদিনে। মাগী মচা করিগী
হাংকে তৌবিকবগে ? থোকও মতম ওইরেনা।।"—
নোংদোন খেৎনা রাংলবা লোকমাই কয়া সুরবা
উতুপ রাতুপ পামেন্না কাওশিং কাওরাং কয়ানি।
বুমগী নোংনা তাও-মথৈ লোকমাও থুম্না তাবদা,
লাইজ মানা ময়ামহু চেন্থরক্নে লোইনবা।
তুরেন লাইজ থোংঙ্গুংদা লাইজ মাগা লোয়ননা
তকথরকপা অতুদা মবুক খুবা তুরেন্না
পুক্নমদনা রাবতুথুম ময়াম্বুংগী য়াথংদো,

থোংলেন লানগী থবনীদো, পুঙমদরে চিংখুবা ;
খুরু খুদক কুন্দুনা খাংঙে চৈবাপ মাং হুন্দা ।।
মবুক তপ্পা নিংথৌনা অপংবদি মনাওবু
চিংসিন্দুনা তুংলামদা থম্জিন্থবে। লৈরাংদি
মউ নাপ্পা পামেল ওই, বোবৌ থক্তা কপ্পদা
লেপঙম্দবা মউদ পামেন অমা যুংহুনা
লৈরাং মাবু লেপহনবা. লাইজ ইচেন কন্বদা
যুংবা শিংনাং নদৌনা হাইন খাংব মনাওবু,
মোইবাং নিংথৌ মপুনা নাথন ওইনা লেপউবে।

লাই ইহন তাহল্লে। মনাই চাওবা নোংথোন্দা
লৈশিন্দুনা হায়রবই "ই, নোংপান সিনিদো।
লিংজেল লৈন' ভৌবদি নত্তে মাহয় অনিসে।
মরিল লৈবা নিংগাদি লৈন নীচং চংনদে।
লীংজেল লৈতপা 'যম্ব' নীতন' স্নুগ তৌবনি।।
'যাম্বনা নিংথৌ "ইঁ" হায়না তৌরুবা তাবে।
পন্থৌ ঈগী মখাকনি, অমৃত মীম থরু,
পোকমিন্নশিল্লুরেদো। ওক্তবাইবু ঐহারি।
মচা মনাওবু য়াবক থৌবাংদবদি ঐনি।
কবম তৌসি হায়বগে য়াখন তৌনে ইপুনা।"
মপুই য়াথং তাবদা চাংবা মানা "ইনিংথৌ!
কবম তৌজৌ হায়বগে ; কান্ খাম্মুনে ইপুনা!—
ননাই ইতিক নংতরে।- মাংবা তারে নোংথোম্বা!
কয়ম দৌনি অহুদি।—চংলক্লবা মতমদা
কনবা য়াবা মচৈংহু ইপু ইনাই চংহুনা
যাব মথৈ কনসিংঙে। ভৌগ্ন ইপু মাহুদি,
য়াবা কান্দা নংবুস্নু ঐগী মহাবাণীনা

কনজখিবা রা লৈরি। ইপু শাওবিগনুনে।।"
মপু মোইরাং নিংথৌগী অভিংবদি য়াথংদা
সুংশিখরে চাওবনা। রাহৈ অতু মপুগী
চাওবা মাগী নাকোংদা চংঙকপদা নোংথোন্না—
"চুমই সিবু, ইবুংঙো! ননাই 'পুনা ওন্মরোই,
নিপা অমতনদি খাম্ব ওয়া উৎজেদো।—
কনানোনে ইপুবু!—ননাই লমজা খম্বনি,
মানা খাম্ব নত্তনা! করি রানোদা ইপু!
ম্নাররোই হায়বা উনা হায়বা মাল্লি মহৃদি!
উতুপ ভাগুম তারবা খম্বা নমাক লমঙ্গানা
করম্না লান্ খামগনি। তৌম্নু ইপু খাম্মিয়ু!!—
মাগা মশক মান্নব নিপা সিনা থোক্কুনা
মানা খাম্বা শাবুনা খাম্বা নংতনা 'ভৈনা,
খাম্বা য়ারোই লাল অসি!—কনানো অহুবো?—
ননাই ফৈরৈাইজাম্বনি!" চাওবা হুন্দোক্লমতুনা
ফৈরোইজাম্বা রোমদা ওন্সিনখরে নিংথৌনা।
"ফৈরোইজাম্বা!—ইনিংথৌ! কৈদৌরিবগে নংবো!
ঐবু সুংশিন্দ্রবরা! কোরৌ খুদিং লোইনবা
চামিন্নেদো থকমিন্নে, নখুংনা তপ্পা পানা
ঐনা সুতি চাববু কাওরবরা নহাকপো?—
ননাঈ খামগে ইতিকনি।" ফৈরোইজাম্বা য়াজরে।।
হাংলু থিল্লু হায়বনা ফুজিল্লকপা অহুনা
মৈ হৌরে—লাল্লোই তানবা; অউন কথেন্ পায়রক্লে!
তাংথক লৈত্রে লান হুদি।। চাওবনা হায় মচানা—
"সুম্না খাম্বা-ম্নাররোই ইকোপ-পুংদা খম্বনা,
কাও ফাবদ' শেংখিবা ফীজেৎ অহু নংতনা।"

হায়' তাকপিরে- "কম্‌দৌনি—থেংঙগদৌরবরা
খুমন মাগী মন্নুমদা কৈদৌঙৈদা লৌরুনি।"
হায়নরে নিংথৌ বারে। নোংথোম্বনা কৌরকই—
'কংলা সংবা কনা লৈ? রাৎফদবা নিংথৌগী
রাৎতনবা ঐহাক্না থম্বিবনি লাংচুনা
পুথোরকউ।" হায়বদা পুথোরক্লে ফাঁজোন্দো।।
পেল্লে মোইবাং নিংথৌনা চাওবা মাগী খুজিন্দা।
ফৈরোইজাম্বা শেৎখরে। চৈরাপ থোংগী থোংজিনচু
ফৈরোইজাম্বা পাম্বচুনা চৈরাপ থোংফৈ ওইনদি
লেপ্লে তরেৎ সেলুংবা।।—কুমগী মতম ওইবনা
থরান্‌ হায়বা থাজদা—পামেন অউ চাওরবা
তলা মনা পুংলবা' মশা ফনবা উজাওনা,
লাইজ খুনাম চোৎন কুম, পাৎ-খুল্লক সম্না
পৃথি মশক উদ্রব লাইজ পুন্নং' লংখ্রবা,
কোরো মথোং ফুম্নদি নোংনা পুম্‌কুপা কুপ্পদা,
পামেন মাগী মবানা—মালেম লৈকন চেৎন ফা,
নোংদোন থক্কী নোংচুবু তলা মকোক থোংন পু,
খুদোন্‌ লম্মাং লমজাওদা চিন্না মদাম হৌরবা
থাপ্পা-তান্না উবদা মায়কৈ লেপ্পা পামেনগুম—
মোইবাং নোংথোন মপারি তরেৎ সেলুং হনবদি,
খুমন চম্নু পোক্লেম্বী থম্নু মাগী মথংলেন,
মবাই ফৈরোইজাম্বনা মমাল লালোই তাম্বগী
লান-চু খামগে হায়চুনা কোরো মৈশা লাংলবা
কেগে চৈরাপ থোংজিন্দা পাখং মানা লেপ্পদি—
অউৎপনা উৎপগী অউবদা পাম্মুনা—
অনিতুগী অশকপু কন্নম হায়না থাকুনি।

নিংথিজগ্নে সেলুংবা পেল্লে মোইরাং লৈপাক্না !'
খুমন মসেন শাক্তুম্না লাওয়ে ফৈরোইজাখ্বনা—
"ইপাইবুংঙো তাবিয়ু পস্থৌ লাল্লোই তানববু !
পস্থৌ লাংঙল-অমদা ককয়েন নোংদম্ সুজা'দি,
অথৌববু হাম্বতুনা কোলোয় পাও থেন্নবনি।
ইপাই কোলোই অমুকস্থু 'কাপ্পী অথৌব'—হায়না
শিংথানবা ইপানি। হন্দক পস্থৌ কোলোয়দি
'থোংলেন অথৌবা" হায়না ফাওরিবনি ইপাবু !
যুগ কয়াবু পুন্সিববা ইপা ইবুংঙোনিদো।
পস্থৌ হান্সিখিগনু খুংলাই থাদোকপিখোদা।
শাগুবা মৈবী মুংপিখোদা খম্ব কৈদৌরে হায়বা
পস্থৌ তাবিরবগে? হৈয়ু মন্নুং সংদরি
থোংনাং কাউবা মনাম্থু ইপাইবুংঙো নিক্কেদো।
হেদো নাহে চন্দদো, তৌরাং ফক্কা ওন্দেদো,
লুতুং থোইবাক শাদেদো, খুমন নচা খম্বা-ঐ
ইতু তুবুম অমতা তেকপা হায়দবু, থোর্য়াদ্র।
মচিন থিবা কনানা ইপায়, কাদা হায়জিনবা।
লৈপাক কায়নবা রাবু নিংথৌ পুক্লিং লাংনবা !!
মোইরাং মচিন থিবনি শামু থোংদা য়েংতেদো
লাংগাই খোংদা পুন্দেদা। তথেন সারুং হুনবগা
ঐগা শিংনৈ, সেন থানৈ লৈপাক কন্না থংনদে।
শামুগা নপারিগা চিংনৈ ইন্নুং তৈক্কা,
ঐনা শামু চেপ্পুনা চিংবদা ঐগী খুকুট
লৈপাক তাখিবদা কথেন চেগাই মত্তোগ্না
থিন্দংখরে। অতুদা ঐ খরদং থোকপদা
হায়জিনবনি মোইরাংনা। নোংবান্ যুব্রাজ অনি

কুম্মৈ য়েংঙবদনি। ইকোপা পুংদা শেৎচবা
ফীজেৎ অহু শেৎতনা শামু পাংগন য়েংনবৈ,
ফাজেৎ ফাওবা হোংদ্রি। ইহাক থক্কী লৈপাকপু
কাইববদি নচাবু পাংৌ 'বুংঙো। অয়োনবা
হায়বত্থবু থোক অনি। পায়ম পুক্কিং হনবিয়ু॥
উঙোই পুক্কিং তেবিয়ু। নপাবি কৈস্থু তৌদে॥"
কৈরোইজাম্বা লাওবক্লে থোংলেন তাবে উবকই।
মনাই শিংনা "ইবুংঙো। নপাবিনি আদেসে।
শামুগা পাঙ্গন য়েংনৈ হ যবিনেসে।" হায়বকই।
থোংলেনবনা "এহাক্কি ফিডুরেদা।" হায়বগা
ময়াথংনা লাম্মা শিং তাসনখবে খামথবে।
কোবৌ মায়থোং থুনখৈ নোংনা মন্না লাকপদা,
মালয়া মানা পুখিবা নোংদান পুনশেং শেংবগুম
থোংলেন তেঙ্গান অচৌবা চোইথোকখিদে তাসিনগ্রে॥
মায়কৈ শেংবা 'তিমাদা কোবৌ হন্দোবকপগুম
লাংগোই সয়া থওগী চোংখত্থনা চংলকই—।
চৈবাপ থোংজিন অদামগা। চাদনা চৈবাপ থোংজিন্দা
থুগুনা মৈরেং ওইনা। থেংলেন চংশিল্লকপনা
থোংজিন কাম্সিল্লকপদা। ভুংলামদগী নোংথোন্না
মতাও থোংলেন মখুংদা সুপকোন্ থুজেং চন্দুনা
ক্রক লাওনা ফাবে চওবা। থোংলেন মথোং থিন্দুনা
"কনানো? ঐনি। চাওবা?—অথোবা।—করিগীনো?
ননদি নচা চুপকে—পারি খম্বা হায়রুনা,
কৌজরকপা শাবিদো। মাদি কিত্থনা চেনগ্রে।
লেংগন্থ কোন্না চুপউ। শাওবা ফরো॥ –ইতাওবু।
ইকাইদা থোংলেন ঐদে। নিংথৌ 'বুংঙোনা, ইত ও।

মুংঙাইররি রোইদকো ! ঐদি কিরেদা চাওবা !
খর পুসিন বিয়ুব। নংদি কিদি কিবরা ? —
হি করি রনো ইতাও ! ইপা ইমা লই গুরু,
নিংথৌবু কিত্রবদি নত ও ঐদি মুর্খ-রা !
কিত্রেদা ইত ও কয়ো ! হুদি নংদি করিগী
লান করকই চের প্তা ' ইচায় মনা মম্মুরে '—
অহল থংদা নংদনে চোম্লখিনি য়াম্মনে ।।"
হায়ন চের চাওবন । থোংলেন ফাক্-ফক্ নোকথোকই ।।
থোংলেন মানা 'নোংথে ম্বা ' পাম্ন চবা-নংঙ-ক্রে ।
চরিরা খর ইল্লু ! য়াম্ব য়মদ্র।" হয়হুনা
ঙাংনৈ চওবা শেন্না । একপ অনি মুংশিনৈ
মিংতা পিবু তানবা । চেক্লা মচা নদৌনা
খোংলেন ময়া কথংনা চেক্লা মচী শাহুনা
খোংলেন মত ও ময়দা ম্ন টিম্ব থেংননা
ইনজখরে চাওবনা । থরাই তানা চজরে,
অশাইবদি পাম্ন দো লা প্লাই তাম্বা অখোবা ।
গুরু গুরু হুত্রখি—অশাই লাহেলোরকপদা
শাওবকপগী থোংলেনগী লুদা য়ংদা লুথদা
পাহেলোবদি মথেদো । শাওবা পুষ্ফ-ফখরে ।।
তাহোৌই চাওন। 'খোনহ । ' য়ারে রা তাকথোক্লগে,
মিহুন মতাং সিদগা ঐনা খাম্বা ভম্মনি ।
হাবেন নিংথে মনাকতা ঙাংউবদি ফজুরে ।
মমুং যৌত্রিভৈদ।—'হারনা খন্না চাওবনা
মতাও থোংলেন য়েংলক্লে ; র অমা হায়গে শাওদ্রা ?—
পাওরোই ।—হুজিক্কাদো—'ভাও ! নমাক্লি খম্ব নত্তে !
নিংথৌনা রারবদা, মসেন খম্বা শাহুনা,

নংবু পঙ্খৌ হায়হুনা খাম্মম্বনি। অহুনা
নমাক্তি চেনগ্রে লোংগ্রে নংবু কিজরহুনা।
খম্বা হৌগংপা ঙমদ্রি ফৈরোইগনা ? – হো ! মানি !
উম শিংইদা মুংঙাইরে। ইচা লৌবা মতিক চাই !
ফরে ঙদি চংলসি।" হায়না থোংলেন চাওবদো
কোরৌ খেৎনা পায়রবা চেক্লা ওইনা মপুগী
সাগন তুফাং ওইহুনা মপু সনা মাং তাম্না
চংগ্রে চৈরাপ মাংহুদা কেগে লৈপাক তিনবগী ॥
সনা চোরোন খুরমই ॥ মপু মোইরাং নিংথৌনা –
"ইপু মন্ত্রিবু !—অজ্ঞা !– ইপু নোংথোন ! ইনিংথৌ ! –
ইপু মন্ত্রি শাওগনু ! – ননাই ঐ ইচায় মৈনা ! –
দোষ লৈতে লাকপিসি ! ইপু পান্ন চাবিরো ॥"
কৌশিন্দুনা পান্ন-হু সনা খুংনা লৌখৎলে।
খোংলেন্না ফাগাও শানা লৌজগে তৌবহুদা
নিংথৌনা যাদে—"ইপু ! ঐ ইঞ্জগে।" হায়বিরে
থুরু-খুদক কুন্দুনা খোংলোন ময়া কাথোকই।
খাদবিরে পান্ন-হু, পিরে চাওবা মনাইস্থু ॥
খোংলেন লাম্মী ময়াম্দো তাসিন্দুনা লৈখিবা
নিংখিশরে য়েংবদা। কিনবস্থু খেংনরে ॥
চাওবনা – "ইতাও মন্ত্রি ! – ইতাও !—ঐখোই অনিদি,
থাদোক্লগনুসিকো। – ফৈ।" হায়হুনা থোংলেনগা
খোংলোন মাগী ফঙ্কমদা ফম্মিন্নখি চাওবগা
কেগে লৈপাক অহুগী চৈরাপ কোক্তোন মক্তদা ॥
মোইরাং লৈপাক ঙাংনখি —"চাওইদকো চাওবসে।
চাওজসন্নু মতিক চায়। চাওবা মানা চাওদনা
কেগে চৈরাপ অসিদা চাওজরনি কনানা।

চাওবু চাওদে নোংথোম্বা ! মতাও মন্ত্রি সংগনে,
মরৈশিংগা ফবনে, কেগে চৈরাং কোকতোন্দা
নোংথোম্বদা ওইবদা ফমগে ঙসি চৈরাপ্তা ।।"
সুম্না ঙাংনরকই । ফমইবদো চাওবনা
তারে উরে থাংগাকপা ।। খ্বাইদে অহন ওইরবা
কেগে লৈপাক অতুগী ফন্নাইবদি অহন-নি ।
অসুকপদি উংগী উনা শিংনা তারবা
পামেন খাদা লৈরবা পুখ্রি গুম্বা মখুক্তি ।
অপুম্বদি পুখ্রিদা খম্বাল লৈরাং শাংতেদো ।
থাংগ্রাকপনা লাওরকই "নোংথোনফমদনা কম্না,
মন্ত্রিগী ফমফমদদি ।" রাইহৈ অসি য়ৌবদ,
মথা তারক্রিঙৈদা সনা মায়থোং লৈসিল্লি ।
খুমগে তৌরকপতুদা নিংথৌ ঙাংবা নংহৌদে ।
মোইরাং চাওবা নোংথোনবা কক্রাই ফবা নিপানি-
'নুপীদোনা করিনো ! নিংথৌ কল্লম দায়দদি
নরৈলোম্বা, হুতবা । নংতা-চায় নুংঙাইবা !
চারমদায়দা চংলকপা, করি হায় মেন্দাংবা !!
অঙম্বা অমৈ নাক্তা ফম্বদিগে খানবনি ।
মন্ত্রি কম্বে ফমনি । করি খংদনা ঙাংই ।।"
হায়রে থাংগাকপবু । চাওবৈ রাতু লোইফাংত্রি ।
মপু মোইবাং নিংথৌদো খাম্বী থক্তা লেপশরে ।
থাংগ্রাকপবু য়েংতুনা--"করি হায়রে থাংগাকপা,
মতিক করি লৈনা ? ফমম অসি ঐহাক্তি
ফম্মু হায়থ্রে নহাক্না । কনাগী কীর্ত্তি-ম্নানে ?
করি ফম্ফম শিল্লিবা ?"—হায়রে সনা য়াথংসিগা
লোইননা ইঙ্গিত ফংলে, ফমদৌ নিমাইপা কৌবা

নিপানা থাংগ্রাকপব্ চিংথোকখরে ; লৌথোকখ্রে
মফমস্থু, ইম্বোকখরে। সনা নাকোং তাদনা
ময়াম ফম্বা মায়কৈদা লৈশিন্দ্রনা ময়ামদা
"লৌথোক্লস্থু মখৈনি। কনানা ফম্ অসিবু
হংগৎপগে য়েংসিদো হায়রসম্থু ঐ়ঙোন্দা"
হায়না ঙাংই চাওবনা। থৌদো অসি উবদা
মোইরাং ফম্লাই অপুম্বা ফীদা ‹কা লাম্নদে :
মাগী মাগী ফীদাস্থু মচি মচি থোমজিন্নে।
রাগী মচেৎ অমতা ঙাংখিদরে কিনরে।।
হৈ 'ম চাবা য়াকুমদা· মোইরাং থোংলেন অথৌবা
হংগৎলক্লে মপুদা "কেগে নিংথৌ ইনিংথৌ
মোইরাং-নিংথৌ পুরিক্লাই! ননাই ইচা খম্ববু
শামু থোংদা যেং লাংগোই খোংদা পুনবা কনানো ?
মপু লেংথোকপিরম্মে কেগে লৈপাক ত্তিল্লম্মে।
মরম সিনি হায়বগী লংলা লংজিন করিনো ?
ময়োন মরান খংদনা মাবু হাৎকে তৌববু
পংম্বা ময়ারবর? মীশক থিবা চুমইনা!!—
(ইপু মস্থি মীশক্তি খঙেও!—কনা কনানো?—
নোংবানগা যুব্রাজগা অনিননি হায়—ইপু!—)
ছীঃ ফরেদ। ইনিংথৌ! নুপী অঙাং মীচম্না
কল্লক য়েক্করবদি খম্ববু, যুব্রাজ,
মনাও 'বুংঙো ওইর'দি য়াম্না ফরে। মাসিদা
ইনিংথৌগীস্থু অতুক, ননাই ঐ'সু ইচা-কা
স্থম্না থোকই। মাসিবু নিংবা-থৌবা কৌবনি
মপু সনা চোরোম্না স্থম্না তৌজৌ তাকপিবা
য়াজপনি ননাই 'খোই। লৈপাক পুম্বা-অঙম্বা

ময়ামসিনা বিচারসি তৌহনবনা চুমগদ্রা'—
য়াম্না চুমই ইপুবু। হাক্‌মল্লি হায়না ঐস্থু
নিংজরম্মি। হান্দক্তি মাগী মখান মখেদা
মতাজগে বিচারসি, ইন্তোকনিংগ্নু ঐঙোন্দা।
ইচা মীচা নাইদনা লৈপাক অঙম্বশিংনা
তৌবিসন্নু বিচারসি। অমতগী কা-নত্তে,
ভাইবং হায়বা ঐখোয়সি মহুই-ময়েল্লি লাইগী।"
অসি হায়না নিংথৌনা লাম্হোবক্লে লৈপাক্তা॥
লৈপাক 'ঙম্ব ময়াম্না চানবিবগী লৈপাক্তা
সনা য়া' আকপিনা; ননাই ঐখোয় থিবিক্তি
ফল্লা, য়াওদ' য়াদগী য়াওন্দনি' ইনিংথৌ
কেগে চৈবাপ অসিগী ননাই নোংথোন,'- মহিগা
তৌবিসন্নু অনিনা ঙসি বিচাব অসিবু।
অনি সিনা তৌবদো যাজে ননাই ঐখোই খাই॥"
খুম্লে স্নুম্না অয়াম্বা। খুমদবস্থ ময়াওই॥
চিংখুবনা কিবনা মদোম্ ফম্বা ঙমদবে।
চাওবা থোংলেন অনিনা—'শা-ওইনরে ঐখোয়গী,
লাল-ওইনরে ইবাম্নি। লৈপাক্না য়াবিবদি
মুংঙাইজরে ঐখোইস্নু। ইচা মীচা হায়বগী
খনবিহৌসি সোমদস্নু।" হায়না লাওই ময়ামদা।
ময়ামহুনা—"অনিনা, ঐখোই খাই অসিগীদি,
লোইশংসিস্ন মকোক্তি য়াদবস্নু ঙমজদে,
য়াস্নু মাজনিংই 'খোই।" হংগংলক্লে নিংথৌদা॥
থোংলেন চাওবা অনিদা শিন্থারক্লে বিচারসি।
থোংলেনবনা হৌরকই- "মনাও 'বুংঙো যুবরাজ!—
ইপু হায়সি।—ননাই ইচাস্ন নয়াম্বুং 'বুংঙো,

সনা য়াথং কথেন্দা লাংগোই য়াইসা পুথোকউ;
রারকউ হায়বা কম্বা লৈন্নুং লাকমুংহনরা,
ইবুংঙোগী লম্নাইগী মুংঙাইতবা মরম্না ?
শামু সিদি অঙম্বা লম্নাই শাদি নত্তেদো !!—
চুমই ! ঐগী হায়নবু, য়াম্বুংগীনি করিনো.
ঐগীনিনা শামুসে, তখন সারুং হনবনা
সবোং হাপই পুথোকই।— ননাই শারুংসা য়াওরোই ?—
ঐনা পুথোকহনবনি ! ঐগী কাদা খম্বনা
হৈকক তিংথংনদৌগুম লোইনং খোংনাং শাহুনা
য়াম্রে রাথোক রাফোংসি, তৌবনি হাংকে হায়না —
ইবুংঙোদরা কনা—?—নোংবানগা ঐহাক্কনি.
নিপা নিফু মঙানে !— সংগাইগী মীদি য়াওদে !—
য়াওদে।—অতৈ মীয়ামসি কদায়দগী মীতানো ?
মোইরাং মচা ঙাক্কনি নোংবানগী মীনি ইপু !—
স্নুমদৌসি হায়বা রাসি ননাই নোংবান্না হান্না
হুংগৎপরা অতুগা—ঐনা হান্না হৌবনি।
কৌথৎলগা মঙোন্দা স্নুন্না তৌসি হায়বসি
ঐনা তাকপা ঙাক্কনি। (নিপা অনি থাহুনা
কৌথৎহল্লি খম্ববু, তৌর্বুং শাম তানগনি।
হায়না অহিং থেংবদা।) নিপাময়ামগা নোংবান
ঙাইরে যৈরে হুদগী কথেন তান্না পুরকই।
হুদে শামু পথোকই। লাংগোই খোংদা পুন্দুনা
চিংবনি হাংকে হায়না। মিরে হায়না ঐহাক্তি
হুন্দোক্লম্লবনিদো মরাইবক লৈবৈ নচা
ছিংখিবনি ইপুবু।" হায়না খুমপ্রে যুব্রাজ।
"নোংবান কদায়- কারক্তে থিযু" হায়না চৈরাপ্পা

হুংগংঙ্গরে। নিংথৌবা—"করি অমুক হায়ররি
সুম্না তৌগে হায়বদো তৌরো হায়থে ঐহাক্তি।"
হায়বিরক্লে মপুনা। থোংলেনবনা মনাইহু
নিপা যাংথৈ কৌথোক্লে—নহোয় নিপা যাংথৈবী
কুম্না হাপ্প-চংহুনা অঙোম কোম্নুংদা থিউ।
কুম্থ্রা হুনা কোম্নহৌ, নাথৈহুনা লৈরগা
লৈরে হায়বা শোম্লদ্রগা চংউ কুম্থ্রা নহোয়সু।
কুম্থ্রা নহোয় অসিনা লাল্-হুই নরিসি লোয়নৌ।
থাংপোক অমা ফাওবা খাক্কনুদো, য়েংগনি।
থনম্বা ইমুং অহু মাগা লোইন' ফারকউ।
খুৎলাই পায়খিহু নিংথৌ ফম্মে থৌগল্লোন কায়নি।
চৈরাপ য়ৌরগা কোম্না অচুম্ অরান থিগনি।।"
হায়রে থোংলেন চাওবনা, নিপা য়াংথৈ থারক্লে।।
অঙোম কোম্নুং হুংবদা লৈত্রে। খুরাই লৈমনা
করিম্নীনো হুংলকই। নিপা কুন্ অহুনা হায়—
"খুরাই লৈম-মিংগৌবা—য়োইবু-থোংনাং-খোইগুম্বী—
থোংনাং অসি-খোইগুম্বী ননাই ঐখোয়' লাকপদি
কেগে চৈরাপ য়াথংনা মজাইম্বুংঙো নোংবানবু
ফারু হায়বা অহুগী হুংওবনি সংগাইদা।
ওরাং ইম্নুং খেংবদা খুমল লমজা থম্ববু
কৌথোক্নুনা যুভ্রাজ-নজাইবুংঙো অনিনা,
নিপা নিযু মঙাগা চংওহুনা য়ৈরগা,
চুম্না য়ৈত্রে হুদমী নিংথৌ শামু যাইশ-হু
পুথোক্নুনা কথেন্দা লাংগোই খোংদা পুল্লগা,
সোম্ম কারন্ চিংলম্মে। হাংকে হায়না তৌরদা
ইম্নুং ঙাফুং লাকপদা মজাইবেম্মা থোইবীনা

তারক্লনা তানখাই হায়। হৌজিক পুখংতনদি
লৈহৌরি লমজা খম্বা---চৈরাপ নিংথৌ লেংথোক্লে।
সনা য়াথং কৌরুদি ননাই ঐখোই লাকপনি !!—
ওন্থোকপা ঙাক্লগ তায়দা ! হাই হাই। ধর্ম্ম লৈতবা !
ইচানি নুংশিত্ররোই—ফংবা মফমদা হাৎলু
লৈপাক নখোই চংতুনা। ইয়াই-বুংঙাবু অতুম্
তৌই্ হায়ো অচৎ-চা। ঐ পোকপা ইচানবু
অমুক্ ফত্তে হায়াইয়ো। ফনা নিংথিনা ঐদি
পোকপরা হায়ববুকো ! তোল্লিদ। পাশী নংদে।।"
হায়না খুরাই লৈমদো মিংতা পি-তাবা মথে
শাওই। ময়াম অতুনা ফজে হায়না থাগংলৈ।।
ওন্থোকপনি হৌনবোই মাওইবগী ধর্ম্মবু
ঈশ্বরনা শেম্বদা খোজাল হৈবা হায়বদি,
মাগী হায়বা খংদনা অচুম্বদা চৎপবু,
মগী হায়বা নাইদনা মাগীদমক থনববু
অবোইবা ধর্ম্ম ওইরবাহ। মগী ঙাক্লা য়েংবনা
মাগী মক্তা মওইরে। খনুরগা ঐ অসে
মাগী হায়বা অঙ্গানি। মগী হায়বা অচুদ
ঐ আস ওইরবোইরে। লৈরাং হায়বা তাৎতুনা
শাৎলক্লবা মতমদা মনম অখু তারগা
পেম্নে, নুংশি মহায়নৈ মাওইবদি ঐখোইনা।
কাইশিংনা শেম্বদা খোইগী জাৎনা লৈশিংগী
লোইহ অতু থক্লেদো---খুরাই লৈম কৌবিনা
মায়াম ঙদা হায়রকপা পেনখরে ময়ামদো।
নোংবান ফংবা মফমদা লোইহগোনিংবা খুম্নুদো।
মন্ত্র ওইবা রাহৈদি মমাই মরা তাবদা,

নোংবান ফাগদববু চুম থেম্ম' পুসিরা
স্নুমখনবা য়ৌনরে। নোংবান মাবু মমানা
থিরুত্থুনা ফারগা কেগে চৈরাপ অদুদা
খুরাই লৈম মা-নক্কা পুখৎলম্বা খোল্লবা—
লৈহি চুপ্পা খোইগুম্মা ময়াম অচৌ থোক্কনি॥
"সদা লৈতে পাপীদো থিরু ফাওকো শোইফদে,
মত্তিক চানা লাকনৌকো।") খুরাই লৈমা নোংলকই।
থিগদোবা ফাওববু হংগোইখরে ময়ামদো।
নিপা কুন্না কুন্থ্রাদা "মপাগীদা লৈতরে।"
হায়বা পাওদু পিখ্রে। কুন্থ্রা অদু চংদুনা
নোংবান ময়ুম কোয়থরে। নোংবান মাগী ময়ুমদি
মপা অঙোম নিংথৌদই য়ুমলোন মরি মঙানি,
খরৈ; য়াওস্নু খুন্দোন্দা তোপ্প লৈবা নোংবানি॥
মোইরাং য়াওস্নু লৈকাইবু অঙোম লৈকাইস্নু কৌনৈ।
নিপা কুন্থ্রা য়েন্নরে। খোং মনিং মমাং হুদা
লৈখ্রে হুই মরিহুনে। মমাং খোংদা মুবনা,
মানং লোমদা ল্যুচংই—করাং তাব কৌবনা।
নোংবান মাদ খোংগাংদা—তালোয়শিংনা সেপা তৌ,
তুমিন, চাওনা লৈরম্মি। নোংবান তালোয় তোম্বীনা
খোংহাম সেন-হু পায়দুনা নোংজুম হৈদোকচগেদি
খোকচরকপা মক্কদা মরি মরি চংলকপা,
করাং তাবে শকফমদো উরংবদা খংখরে।
করাং তাবা হায়বসি—মথোং শাংই, ময়াংলেম
তেল্লি, মঙকস্নু তোল্লি, মবুক পাকই, নাকন্দা
পেথোকই, মখুং শাংই. মচু মুই, মকোক পিকই,
সেম্রাক চেংই পাক্কানৈ হংচাই পোরাবী নাল্লি।

রাংবদি শাইজিন খেংলি ।। খোংহামসেন্দু হুন্দোকখ্রে,
চেন্সিল্লক্লে তোম্বীদো কিরে হায়বা খংহুনা
করাং তাবা অমুকা কাম্‌সিল্লুরে "খি" লাওনা ।
মচেমশিংনা করিনো হায়না খংমিল্লখরে ।
নোংবান মাস্থু হৌগংলে । "কৈনো তোম্বী কৈদৌরে ?—
লোয়ুম নোংবান লৈতরে । -কৈনো লৈরে হায়বদে ?—
লোয়ুম ফাবা লাকএনে, মনিং থোংদা কোয়খরে ।"
হায়রবদা নোংবান্না—'ফরে হুদি য়েংঙগে,
ঙস্মে চেনগে ঙমদ্রগা ফাগ্রসন্থু কৈদৌনি ।—
ফরে থৱাই হিংনবা চেনবিখরো ।" হায়নরে ।।
অঙাম নিংথৌ মচাদি থৱাই লৈম লম্‌ ওক্‌-হৈ
পাংগন ফব নোংবান্না ফুসোকখরে থোংলোমদা,
মমাং থোংদা পুরিবা মুবা চোংসিনখিত্না
'হেনগ্রবদি মাংলোদো' হায়না নোংবান মখাংদা
খুজেং চন্ন ফাবদা মুবা লংখাইরমহুনা
চেনখ্রে নোংবান । ময়ামদে — ফাহৌ লাকহৌ নংহৌদ্রে ।
নিপা কুম্না চংকপা খবাই থোংজিল লাম্সিল্লে ।
থিংদে মাত্থ য়াদরে । নোংবান মমায় লৈতনা,
শান্দোং পাংনা চেন্নগে চেকপন চোংগে ভমমকই ।
মুব করাং তানস্থু চেন্‌সিনবদা নংখিদ্রে ।
থোংলন হুইজাও মবিদো নোংবান মাগী মতুংদা
কপ্পাক খুবোম রাই রায়না ভাম্বরকই পাম্বগুম্‌ "
নোংবান চেনগে হায়তুনা চোংখংলকপা লৈপন্দা,
হুইজ্জাও মরি অতুনা নোংবান খুবোম. ফৈগন্দা
চরৈ মাগা কোম্লনা লাকপ নোংবান কোংয়ানবা ।
লাকপগা হায়বগনা নোংবান লোংনা তারক্লে ।

মীয়াম ফুজিল্লকুনা য়ারো লানশা ফাবগুম্না
ফারে। হুইজাও মরিদো থাদ্রে নোংবান লাকপদো।
মুব, হুইতু চিংথোকই শত্তুম শত্তুম লৌথোক্লে।
নিপা য়াংখৈ অত্তুনা ময়ুম তান্ন পুশিল্লে।
নোংবান তায়োম্ন মখোদো ল্লংশাথিব কিবনা
নিকই, উপথু উপথু' তুই। মপুরোইব উবদা
থবাক সেগাই লৈ ভদে। ল্লুপী পাংগন ওইবগী
চোংথোকপদি ভুমখিদা তেম্নাং শৃৎস্ন পায়ত্নুনা
থংলেন মতেং পাংসিনা সিরসিরা খনবব্
পূক্লিং লেপ্পা নংহৌদে মুব মানা—"ইনশা!
সেলুংবগী শেংনবা নিংঙিন্ডবা চরেদো,
পুথোরকউ হোংহল্ল", —তাকপিরকই। চরৈত্নু
সনা ল্লুপা থাম্ব ভাক পুথোরকই পিজরে।
নোংবান্না শেংলোই হায়রে। মুবনা—"শেংলু—শেংলোই।—
মী হাংপা ভমইবনি অতোম নিংথৌ মচানি
চাওরিবনি শেংলুনা—সেংলোই করি শেংলুনি,
বন্দিনবু করিগী ফিরোই হোংউগদগে!!"
হায়রে নোংবান তোংদরে। খুম্ন্তু মতা 'মনি।
মাংদা মথুং পুনবিরে—রাজাও মতুপ অমনা
লম্নি শাংনা হুইগং হাপ্লে চিংলে মুবনা,
পুখৎলক্লে নোংবান্দো। খংজিং চিংই, হেক তুই, "হাই!
কবি লেপই!" হেক হায়বি। চোংসিন্দুনা কাওরকই।
হেক চংলি—"লমহেল্লিনা।" হেক হায়বি ময়ামত্নুনা,
চংলে চংনা ফুবকই লেপ্লে লেপা ফুরকই।
ময়াম ত্নুনা কাওবগা থিনবগনা নোংবান্দো
মশা অত্নু কামথংলে। লমজা খম্ব মাবুদি

খর হেম্না থিংখরে। নোংবান তালোন অহুমনি।
রাম্ভহৌরে থোংজিন্দা। অঙোম খুল্লক অতুদি
ইমা ইমা হায়নবি। ফোংনা য়েংসি কদায়নো
নোংবান মাগী মবিনা। য়েংদসিদি য়েংনিংই।
মনিংথোংস্থ মমাংথোং—থনান থোংজিন কাংথোক্লে,
মশামথৈ মল্লুংদা, লিংথোক্তুনা ফেংহৌই।
খুমন মাবু য়ৈবদি হুরান্দুনা য়ৈবনি।
নোংবান মাবু ফুবদি ইফাং ফোংনা লুংথিন্দা,
মীশা চাবা লংজানা মীশা শেংপা পাংথক্ এই।
য়োইবাং খাবি লমজাওদা নিপা যাংথৈ অতুনা
য়ৈন-য়ৈন পূবকই, থংলে কেগে চৈরাপ্না।
পেল্লি হায়বা যাওতৌই 'খম্ব মাবু য়ৈবদি
উকাদোকো ঐখোয়না য়ৈনসিদি য়ৈবিনি।
চাওবা থোংলেন মনাইনা নোংবান য়ৈখিবসিদি
হাকমনখরে" হায়বস্থ য়েংঙমদবা কনানা
য়াওই হায়নহৌবস্থ। য়ৈবক্লেদা নোংবান্দা॥
মীওইবগী হৌনবা অরাববু উরগা
অরানবস্থ চুমমকই অচুম্বস্থ লাল্লকই॥
কেগে চৈরাপ তিনবদা 'মুনবা মরোং থাবগুম
মপু সনা মাংদদা নোংবান মাবু পুসিল্লে॥
হুইগং থাদোকই মচিন হুংসি হায়রে থাদোক্লে।
থোংলেন্না—"মনাব 'বুংঙো!—ইপু মসিবু হায়সি! —
মুংঙাইরবিনিনা—সে! কমদি তৌনি ইপুর,
তৌরুরবা থবক্লি চেনবা সারববদো!"
স্নমা খুমই যুবাজ॥ যোইবাং নিংথৌনা—"নোংবান
অজ্ঞা!—নংনা ঐহাকপু করি ওইনা উবগে?—

ইনিংথৌনি।--অদুদি ঐবুনা উশিংতবা
যুবরাজবু খন্‌বা অঙাং ওনগনিদে। নং!--
তৌদৌরি ঐবু ফাওবা॥" সম্না শাওরে নোংবান্দা।
শাওবা চুমই হায়না ঙাংনৈ মোইরাং চৈরাপ তো।
মোইরাং চাওবা নোংথোন্না "যৈব যাওব কনানো
নোংবান! থারো!" হায়বদা থাদে লোইনা নোংবান্না।
হোংব-চাওবা হায়তুনা থারে নিফু মঙাহু।
যাওস্নদগী সেন্দ্রা ফাও তুদই মীঙাক ওইরম্মে।
নিপা কুম্থ্রা অঙোম্নি নিফু মঙাই মন্নুংদা॥
চাওবা মুন্না তারগা--"মনাওবুংঙো! - শপুবু।-
হান্দক তৌবা অসিদি.--অমে শাগৈ চাওবনি,
মী য়ামই. নোংবান পাঙ্গল কনবা মানা চিংহুনা
ময়াম খোম্মগা হৌগে পাকয়ানি উতুনা
অহান্‌বদা অকন্‌বা খম্বা ইমাক হাংতোক্কে
থোংলেন চাওবা অস্রুম্না ফৈরোইজাম্বস্থ লোইগে!
লোয়রান্দা মোইরাং লৌগে নিংথৌ মফম মুনগেদি
লাংবা নত্রা যুব্রাজ!" যুবাজ খুমাদে: মবুক্তা -
"নত্তে তৌবা থবক্তা নমসিন্দুনা তাহল্লে।"
হায়না থল্লিঙৈহুদা। মোইরাং নিংথৌ লাওরকই--
"চুমই ইপু- ইনাওদি ফজে পেল্লি য়াম্বনা।
কৈদৌগে, খম্ব-নোংবান নপা খোইবু য়োক্তুনা.
মপাল্লুনা. য়াম্বনা শিরগা, ঙাইডম্‌-দ্রবোই
ইনাওদে!" হায়. খুমখিদ্রে যুব্রাজ খাংঙমদ্রে।
কারং থৌরি 'মোনবন লাংগোই মাবু পুনবগুম্
লেংবা যামে চিংথুবা ঙাংজ নৈদা লুকথরে'।
উন্নৌনা উরি পুল্লি অসিগুম্বা উনৌদি

সুম্না তাউনা চাব-য়াই। উরি মানা ওইবদি
সুমম্বু তাউশ্বু চাদেদো. সিনা মাংদে তাদেদো ।।
উদা তাংবা উত্তাংবী উত্তাংবীনা তৌবগুম —
মোইরাং চৈরাপ ফম্মিবা অম্বাম্বনা — "চুমইনা !
হান্দক থবক অসিদি, চিংখুবগা নোংবানগা
নিংথৌ মফম শিনগেদি তৌরম্বদি ওইবতাই।"
ঙাংনৈ নাপ্প চি ুনা — অওল-অওল চারকই ।।
চাওব খোংলেন অনিগী মীগা, কেগে চৈরাপকী —
কাংবু ম ' খল অনিনা হাইথখরে খুল্লক্কা।
শম্ম থেংন খিবদা ফারে নিফু মঙা-ছু
ওরা  সুংদোং য়াওরুপা। মঙক হুইগঙ্ খাংহনা
পুখৎলক্লে চৈরাপ্পা  ওরাং মখৈ চুম্নগী
তানবনি পাও অস। নিফু মঙা অসিগী
ইমুং মনুং ওইবম্বু কৈরোই নৈকাই লোইনন,
নোংবান চিংখু অনিবু শাগনরম্মি কাংবুদো।
লমজা মরা তাবদা মঙ্গুম হাগুম তৌরমই ।
মহোয় মহোয় মকাদা খুনা মঙ ফাওনরে।
মচা, মপুরোইববু হুন্দোকাসম্বু কদাম্বনো ?
লমজা মানা রাংঙেদো, মাগী মাগী মরুম্বু
লেপ্প ঙমদে হেন্দেদো। "করম য়াওরুরিবনো !"
চৈরুই ঙাংউই থরদং মতুং তাবা অহুদা
চৈনখরে মোইরাংনা চিংখু-নোংবান অনিবু ।।
নিফু মঙা অহুম্বু তুংবুন পৈরৈনহনা
পুখৎলকপা অহুদা মোইরাং খারি লমজাউ-দো
উরে মঙা মা-ওইনা : কেগে মরাঙ হৌখরে ।।
উত্রোং অমই হাক্কুপা উনং মা তুম্নবগুম

"ইনিংথৌবু ইপুবু! হংবিরম্ন কৈদৌগে,
শুম্না ফনি হায়বগ্ন তৌবিয় হায়না ঐদি,
হায়জখরে অসাইনা।" হায়নিরে মবুংঙোনা।
থোংলেন মানা—"অতুদি শিরবদি ইচানা,
লুখা থানগদৌনি, শিনি হায়স্নু খংদরি
হৌজিকমক্তি শিন্দ্রিদো, হাৎকদানি, অসিবু—
মৈয়ু নিপা নিপান্না কাগুপ ফুগদৌনি।
নিপা তরা মঙানা মকোক মখোং নম্মগা,।।
তুংশোক মাংশোক নাইগন্নু—ফু, চৈফু চপ-মান্ননা।
রাৎপা হেন্‌বা—নাইরবা চৈবায়বদা হনগনি।"
হুকুম তৌরে, থোংলেন্না।' চৈ চাগদৌবা মীবুদি
চৈবায়বনা থোই' কিদ্রে, ভাসি নুমিং অসিদি।।
অহাংবা চৈরাপ ময়াই পুংখোং মক্তা ময়ামদো
ফুরে কাঙজে-না-তনা। ফং চোংই "তৎকন্নু ফু,
খম্বগা চপ মান্ননা"—হায়। পোইন্নু ফৌবেম্ ফুবগুম্
ময়াম অতু ফুখরে। ফুনা ফুবা লোইরগা
তানৈ উতুপ তানগুম। সাক-লাক্কুনা লংলকই।
তিংদম তিংদম শিারে। ফুকই শমদোং শমদোংহু
চৈখোল অতু তাবদা লেরাংগুনই শাং-ঙমদে
ফৈরোইজাম্বা সেলুংবা নংব মখৈ থামজখি'—
"তোকপিরাসি, ইশেন্না তাঙমদরে চৈখোন্সে।"
হংগৎচরে নিংথৌদা। কেগে চৈরাপ পুংখোংদো
গুলাপ লৈগী লৈখোংদা, মালংবনা মৈবদা
লৈরাং মনা চোইতুনা তাবগুম্ন। মালেমদা
পুমডাং ডাংডে ঈদনা। খংজেং য়াই-মরুদগী
লাইজ তন্না লৌরুরে, লৈপাক চংন ঈ অহু

হায়জখ্রে ঐগীদি।" হায়না সনা য়াথং-ছু
মরেপ লুব-ঈশিংগুম ইরৈ তপা তাকপিরে।
খোংলেন চাওব অনিনা—"মপু সনা য়াথংনি,
মালেম থক্তা তাফদে। নোংবান থারো।" হায়তুনা
থাদোকখ্রে নোংবান্দো। মমৈ লাংদা থুবনা
চেক্লা ওইবা নোংবান্দো থরাই হিংলে খঙ্গখ্রে।
মপুই মনাই ওইবগী য়াইবী হিংবা তাখ্রে।
সনাই মচুং য়াইউংনা সিনবা হায়ব অতুদি
থোক্লে চসি কংলাদা—য়াইউং মাগী মচুংদা
সনা তাংগ-শিল্লক্লে খোংলেন-লালোই তানবনা—
"নোংবান মাদি মশানি মরু হায়বু য়ুব্রাজ:
নিংথৌ মচা ঐগীদি, অঙাং ওনবা হায়বদি,
চেবোং খাওনা তৌনবা, অতৈগীদি হৌনদে।
মতিক চাবা খাওমদা কোগে সেন্দ্রা ইচিন্দা
থোক্লে লেংবা তারেদো।—পোৎশংবা সংলাংমৈবু,
লৈওববা? অহনবা অকনবদি লাংজনগী
পুবিতুনবা এতুমগা।" হায়দারাক্লে।—হায় হায়!
ওস্থোকপনি য়ুবরাজ! মপু সনা য়াথংনা
পিথোকখিবা ওইবনে। তায়গ্রগদা লোইনবা
নুমিং অতই বিচারনি। থাংলেন থংতা পায়তুনা
চোংথোকসিদি কদায়নে! নিপা পাঙ্গন থেংনা
শিখিসিস্থু সিফদা। মপন-মপন খনখ্রে।
"কেগে লৈপাক অসিগা খোংলেন মানা চিংতুনা
মায়কৈ অমা লেপ্লগা—ঐনা নাম্ম ওইতুনা
থেংনবদা হৌজিকমক পুংজা কয়া লেনগবা।
শিঙেম নাঙমদমখৈ খাওদা শিদো শরুক্তি,

শিরসিবা কদায়দা! থোকপা অমা তৌরগে।"
হায়না খল্লে চিংখুব — থাংলেন ৎস্থ য়েংলক্লে।
চৈরাপ চোন ফমইবা লৈপাক মীয়াম য়েংঙকই
ময়াম্বংবু য়েংঙকই চাওব-থোংলেন য়েংঙকই॥
ঐগী কনা লৈগে?" খিরকপদা ফংখিদ্রে,
চিশিল্লক্লবসিদা। চৈরাপ অতক চাওবদো
ওইরে মৈগী কুংবু নৈঙুংসিদা ভারুরে॥
লৈথোক্লনা য়াদ্রবা চেন্দুনম্ব হিংদ্রবা,
মায়কৈ থৈব সাদবা হাসজন্থনা চৎলবা,
শিংউবম্ব য়াদ্রবা শিংগাদীব লমনবু,
ঐনা কোনগে নিংদে গিদোবা লৈববু
শিনি হায়না কিদনা নাকংগী থাং-অতু
লাম-ঙমদরে চিংখুনা!! টেং মমৈ থোকপনা
কৌরো মঙন হেনবগী মৃৎপা থল্লান মিচাক্-কুম.
মুংলে চিংখু মঙোন্দো। নিপা তরা মঙোনা
লোপ্পে খাওতু পাইতুনা খাওগী মচিল হাংদোক্লে-
"সিদা সুম্না হানগদ্রা করম তৌজো হায়বনো?"
হংঙে তরা মঙানা রায়ল্লদি কাতি ওই
লেংবা য়াদ্রে চিংখুবা ময়াম্বদা অমুক য়েং
চাওব-থোংলেন অনিদা চিংন চিংন য়েংঙকপা
চিংখুবগী মিৎফমদো য়েংঙমদরে মতমদো।
(পোকমিন্নবা নাও-ওই. য়েংখিদরে নিংথৌদো
ভাংজ লৈদা থমখবে। থামোই ইপাক থক্তগী
হৌরকইব লাইজদো লৈপাক মায়বোং পুরবা
মালংবনা পাদাকখি মালেম থকা ভারমদে।
চাওব থোংলেন অনিদা য়েংই মোইরাং নিংথৌনা।

'ওম্বা অনি রাখরে মপু মায়থোং উবদা,
মমায় পুবা ওমখিদ্রে, কেগে চৈরাপ তিনবনা
রানখরে লোইনবা স্তুংশা কন্ন হোম্নদ্রে।
মিংক মিংক য়েংনখি, নোংয়াই ইচিক হুনখরে।
কোরৌ মখোং ফুল্লবা পামেন উজাও পাম্বিনা
মরাই চাংবা তুবদি য়েংওমদেদো অতম্না—
মনাও 'বুংঙো উবদা রানখরে ওসিদি।
চাওব-থোংলেন কিবনা নিপা তরা মঙাদি
থিল্লি হায়নি হায়বগি থাওগী মচিল ওন্সিল্লে,
"মনাও 'বুংঙো লেংখল্লো।" হায়জিল্লক্লে মতমদো॥
বুলি য়ুম্বি মখোংদা পুল্লবস্ত শাগিদি
রারম খংনা লেপ্লেদো শাক্তি বুদ্ধি ওইবগী।
শিনি হায়বা উদবৈ, রাব মতম শাগদদো।
শাগী মঙক অতুদা থাংনা তাররবদা
মঙক হকচাং অনিনা তাবুবদা তোঙান্না,
থুরাই মানা চৎলমদায় রারিগনি চাহাক্তুং।
মতম অতু শাংখরে রাখরেদো নিংখুবা।
তালোয় সংগাই থল্লিবী অতুদগী হৌদুনা
মমোম মজা ইবেম্মা মাগী পুম্বা পল্লকই।
মতম সিদা নয়াম্বুং নিংথৌ ফমফম লাংদগী
মালেম নৈদা চোংখগ্রে। কেগে চোম্বা ফম্বদা
সনা য়াথং লাওরক্লে—"চাওব থোংলেন অপৌবা!
খৈরোইজাম্বা খম্বস্তু! কেগে প্রজা অওম্বা!
হায়জগে ঐ রা 'মজা।" হায়রকপদা নিংথৌনা।
চৈরাপ থনবা অওম্বা মাগী মাগী ফমফম-দৈ
চোংথনরে মম্বামদু মপু সনা য়াথংদো

ম্বানৈ ফীগাও শাত্থনা। "তাকপিগনি ইনিংথৌ!
লৈপাক থকতা লেংথবা মতিক চাদে কনাগী,
কমকম লাংদৈ ম্যাপংত্থ তাকপিবস্থ হাকমল্লি।"
লাওই ফৈরেইজাম্থনা। পোংলেন ফাওবা প্রজাম্থ
ফৈরোইজাম'বু থাগংনৈ "ফৈ থৌগল-লোন্দবু।"
নিংথৌনা—"ইমায় খোয়াং মমৈ থকপা এক্তবা।
মা, পোকমিন্নশিল্লরে। মতিক চাবা হায়রদি,
য়েংবিমল্লে লৈপাক্লা। মল্লি লৈতবা লৈপাক,
যুবরাজ লৈতবা, সিন্থ লাইরে হায়ংদা,
মনাওমকপু হাংপরা - হায়নদো এইহাকপু:
মতিক চাবা দণ্ডিত্থ থিনিরগা অমদা;
কবি লৈবা লৈপাক্লা? খুমন মচা অত্তাংবু
লৈপাক চংনা য়েংত্থনা খোয়ুম মাগী নোংদম্না
শোইদ-ভামদ-এইসন্থ। লৈব থিবিক অসিবু
ইপু নেংথোন চাওবান ইপু মল্লি অথৌবা!
করি থল্লি লৈপাক্লা?" সনা য়াগং তৌবকই।
চাওব খোংলেন অনিনা "মপু সনা য়াথংবু
তাকবা মালেম-লৈদা।" থুমকই লোমদা অস্থম্না।
"ফন ফৈনা' সিমস্থ অয়াম্বনা থন্নরি॥
মরক সিদা থম্বনা মবাই ফৈরোইজাম্বদা—
"ইবাই বুংডো করিনো?" হংই ৱাফম পুম্বত্থ।
ৱারনা থিবিক মসেন্দা সানা মনি তম্মকই।
খুমন মচা থম্বনা 'হংগংপিরু ইবাইনা
মপু সনা চোরোন্দা কোগে ভম্বা তিনবদা,
মনাও বুংডো থরাইবু লম্জা শম্বা নসেন্না,
নিজরকই হায়ত্থনা।' মেঞ্জরকই মতমত্থ।

ফৈরোইজাম্বা পোকথরে—তম্মুই মপু চোরোন্দা
লাওরে লৈপাক মাংহুদা—"খুমন মনাই লমজাবু
য়াইবী মকুম্মু মাংদরি। জীব অম মাংদনা
জীব অমা মাংহনবা তৌসিগনু নিরকই।
হংগংচরি ইসেম্না!" হায়বা খুমন মপাওদো॥
মালং ইচিক তম্নবা অচিকপদি লোকমায়দা,
তাম্না নায়ে খোঙ্গম্ম তাম্ন তাম্ন খোংলবা,
মালং লিরি হুম্বনা লেং-লেং চৎপা উনানে,
মালেম পুম্বা সংলবা কোয়রৌ মজান শেংবদা,
অমুবদি নোংদোন্দা পামেল ব্রাংনা থোইনহৌ,
শংবা উনা মরক্ত সনা মচু মাল্লবা
লৈহাওশিংনা ...ংপদি ...বোন্দা কোয়বা শাশিংনা
লৈরাং মাবু উজকই, মানা হেয়া মফজে।
লৈরাং মাবু হেক্লগা সনাম্ব সেম্পাক থক্তা হাপ,
মনিমুক্তা থাল্লবা নিংথৌশিংগী সংগাইল্লুং,
সনাই তাংনন-গ্রন্দা মপু মানা ফম্বদা
সনাই থক্তা তমফা খিন লৈরাং তারুবহুদি,
ফজবগে কঞ্মুক উতারুদে মহাক্তি।
লাইরবসী খাংপোক-শং সনাই খম্বান শাংপদি
লাইরবনা উবদি শাৎলিংডৈদা উবনি;
মপু সনা সংগাইদা লৈরাং মানা ওংথ্রগা,
উদে লেমর্জাখবদো। উরুদনা হায়ডমদে,
খোকউদবা পম্নদে-তিম্নরুবা সংগবু
পকৃই চিন্দা ইবুক্তা। হপুক নিংনা নিংববু
পনজনিংই, হৌনৈদো। হৈরাং মবুক অমুনবা
মবুক মুংগী মহাওবু মালং মানা য়েনবগুম,

মীগী মীগী পুক্নিংবু মানা মানা পুথোকই।
তাওজিং মখল মখাগী অফ-ফত্ত পুম্ববু,
মীনা শুম্না খন্দোক্লে। ওসি মোইরাং চৈরাপ্তা,
কালেন মৈনা চাকপদি—লাইজ ইরোইনরবা
চন্দোন ওইবা মপূগী সনা য়াথং অত্তুনে
তিংথো মপোপ ওইরবা নোংয়াই মপাও অত্তুনে,
মবাই ফৈরোইজাম্বনা শেলুং খুৎনা পায়দুনা
চৈরাপ মুংদা ফাম্মবা মীয়াম ওল্লাং চানবদো
চন্দোন লাইজ খিল্লক্লে লোইনা পুমইং ইংথরে।
খম্ব মাবু নিংথৌনা মুনবা তাওজিং চুপ্পগুম
পেল্লে, নুংশিখরেদা। চৈরাপ ফুনবা পুম্বত্তু
উনগুম্নদি ইংথরে। লমজা মাবু শোন্নখি।
চিংখুবদো হরাওরে শিরুবদসু হল্লক্লে।
চাওব থোংলেন অনিনা "মপু য়াথং কাইফদে।"
হায়বত্তুদা-পোশংবা সংলাংমৈত্তু হন্জিনখ্রে।
মংা কাদা শোকপগী মমাক কাদা ওইবগী,
নিংত্রে পুমতোক তোক্লেদি চাওবা খোংলেন নিংথৌনে
অহুম চিরৈ নাকোংদি। খাংমৈ অহুম থানবগুম
রাখল তৌদ লোইখরে—কংলা সংবা কৌরক্লে;
মপু সনা য়াথংদো—"কৈশুম সংবু হাংদোকউ!
পুমতোক তোকপদি য়াদে, খম্মু কেশুম সংত্তুদা
মতমদি—ফত্রি কাওবা খম্বনা, থমগদনি।
চাক খম্বু পিজফদে। খম্বা-শিরে মহাক্ল
শিরসম্ব অচম্মা।" হুকুম তৌরে নিংথৌনা॥
অতোংববু তেমথোকই অকুৎপদা হাপ্তুনা
লোইরে মনাই বিচারদো সারুং হনবা কৌথোক্লে

মপু সনা য়াথংনা —"সারুংহনবা ! — ইনিংথৌ !
নিংথৌ ঐগী শামুনি, লাংগোই য়াইস-নিদকো —
অশেংবনি লাইনিংথৌ ! — মাচু নংদি খংদরা ? —
ননাই ঐহাক্তু খংজে ! — খংলবদি কারিগী
ইমুং মতম চাদনা পুথোকউরি নহাক্কে ? —
ননাই ঐবু অহানবা শামু পুথোকউ হায়বি,
ননাও 'বুংঙো য়াথংনা, য়াদরে . অচুদগী,
'যুব্রাজনি খংদরা — থাংনা য়ানগো থাংগৎলি ।
'য়ানগে য়াম্লু পুথোকওই' — হায়না ঐনা য়াজদে ।।
থাং হজিনখ্রে । 'কূম-ফাঙ 'হগী ঙাস 'থেংবদা,
লাংগোই সিগা মখোংদা পুল্লগা জাব অনা,
ইরাংকান ক ন্দা । লেপাক তাব য়াদেদো ।
এম্মু হুজিক্তা খংই মপু সনা য়াথংনি ।
মপুই য়াইফননবা লৈপাক নরা তম্নবা
তোগদোবা খবানি স্নু্ম্না তাকপি ননাই বু ।।
কুমসি হায়বা আসনা পাজা ংনা হায়রিবা,
খল্লুবগা ননাইনা এগী স্নুম্মা খোকউদি
মতমনগা ওইরবোই, পুথোকউরে শামুসি ।
খোরি কথেন য়োবদা, ইনুং অথেংবচুদা
থেংনরুরে খংবু কোরো রানা হৌরবা.
মপান খুংনা শাংলবা শিঙেন পাংগোং পাম্বানা,
মপান মরা লোইননা তুবক্না লৈমায়দা,
নিপা নিফু মঙানে অঙোম নোংবান কৌবনে,
ময়াম সিনা য়েবনা ঈনা পুমঙাং ঙাংঙমমে,
পামেলগুম্না তারম্মে । হজিল্লগে খনবদ,
লমজা মাবু হন্দোক্কে নিংঈদরে — "ইতুংদা

য়াইবী মাংখরদরা ! সুম্না খম্না ঐহাক্সু—
সারুংবনা রারমত্থু তৌনরকপা অপুম্বা
চিংথদনা অমতা তম্মে চৈরাপ মমাংদা ।।
কোংগ চৈরাপ চোনখ্রবা ঙম্বা, প্রজা, চাওব-ফাও,
নিংথৌ মক্স, য়ানিংঙে—"খম্বই থরাই কনবদি
ওইরবোইরেকো নংনা।" মুংশিবিরে নিংনরে ।।
থোংলেনবদি য়াখিদ্রে,—শারুংববু য়েংত্থুনা—
"তখেন শারুং হঙ্গবা !—ইঙেগা মন্ত্রি তাকপিসি —
নিংথৌ হুংগৎপসিবু, ঙমদবা মীরা নংবো ; —
চুমই মন্ত্রি ! মসিদা, মতমনগা থেংবনে,
সুম্না থোকউ হায়বনা ঐনা রাসি ঙকউরে।"
সুম্না খুমই সারুংবা।। থোংলেন মানা "কৈদগী
থরাই পাম্মুবদগী পুথোকপনি শেমত্থুনা।
রাসি লৌদ্রে, মন্ত্রিনা—"নিপা নিফু মঙানে,
যুবরাজ নোংবান অনি সিগী মহুৎ শিন্দুনা
পুখ্রো থিল্লে হৌজিকমক সন্দোং মুরিব-তান্না
চৎলো অঙাং ওহল্লু।" হায়না য়াথং তৌরক্লে ।।
মালংবনা য়ৈবদা পামেন মানা তুরগা,
পামেন মাদা তুদনা মথোংদগী লৈকন্দো,
লংথোকইদো থুগাইদো। নোংয়াই পামেন ওইবদো
পামেন মদোম তুদরে—চিংগু মদোম শোক্তরে।
পুন্সি মুমিং তারমদায় মঙান চাইরক্লববু,
তারোইদৌরে তশেংনা। অমুবদি নোং তুনা.
খুমখ্রে মঙান মকথরে কৌরো মাবু তাদ্রিঙৈ ;
সারুংহন্‌বা অহন্দো—মোইরাং সন্দোং মুরিব,
পুখ্রে তান্না লাম্মানা, লোইসিল্লুরো হায়ত্থুনা ।।

লাম্মী শিংনা তুংদ-থা তুংবুন পাইরেনহুনা
অহন এইব শারুংবা কপ্প কপ্প চংলকই।—
"খুমন ইবুংঙো নংদি, খংদ্রবোইদো মরমদো!
তাদ্রবোইকো লমজাও! শিব কিব নাত্তেদো,
নোংয়াই নংগী কাহ্নদা ঐনা মক্ক শিবদি
শিনিংদবা ঐহাক্কি। নংগী মিচং চংনগী
দণ্ডি তারে হায়বৈদি সুংঙাইদনি ঐহাক্কা
লাইরৈপাক্কা চুম্মস্ম মীরয়েন্দা মকহোরে॥
পুরেম্বনা পোক্লম্মে মোইরাং খোরি কাথেন্দা,
য়াইবী মাংব-তারম্মে, ঐনা নংবু কণ্ডরে,
ঐনা অমুক পোকচবে; শারুংবদি নপাগী,
'য়াম্বা-ননাও লৈজদে অমুক নংবু ঐহাক্কা
অপোকপনি ইচানি, ঐগী ধারা পান্দবা,
পাল্লে নংবু ফংজরে সুম্না হৱাওজববু!
খুমন নংগী নপান্দি চারোইদোরে ইপাদি!
কোগে চৈরাপ অহুদা উতুপ শিংজা তাবগুম
লৈহোরাবাই মহাক্কি! খুমন নংনা নপাবু—
'পান্তো নংদি চংলোকো যাখিদরে-অহুগা,
ইপায়-নপো অহুনা লমজা তৌজরকোকো।"
হায়বা ৱাহৈ অমতং- তারগদি শিরবা,
সুংঙাইদৌনি ইপাবু। নোংগাপ্রবা নপাদি
পুরেন-ভাম্বৈমগী কাদা করি তম্মুনি?
নপাও তাদ্রে ইপানা।" হায়না কপ্প কপ্পদি
থুংগ্রে সারুং হনবাদো মোইরাং মীহাৎপুংজদা॥
সারুংহনবা মহাকপু হাৎলুরনি হায়হুনা
পুথোকখিবা উবদা ৱারে ফৈরোইজান্নদি।—

“মাংবা তারে করম্নো !” খল্লকপদা মহাক্না
অহন্ 'ৎবু কন্নবা উপায় অসি উদাবে ।
মাসেন অচাং অতম্মু মতম তুণা হাদারে
লৈলে ব্রাজ্ঞানকমত্—কান্নদারে হায় না,
থালে খোংনাং : মা-মা, হৈ-তাইজাম্মা হৌরক্লে
“নখোয় মংলে মবাক, নপা বুংঙোনা কল্লে
শাইগ চাওবা লোংকাম্মে থালে নপাই 'নুংঙোনা ।
উবুংঙোবু কঙ্কলা কেংগ খোনবি কগোন্দা,
নন উ শাক্তং তুননদি মোইকং নন্দাং য়োখারে ।।
মজাই নেম্মা, নননা, নৈনী গক্তি লৈতারে,
নুবা অনি নংঙনা । অাঙৌবদি চৈবনা
লোংকন চোংগননবগী লাখদনা ইসনগী
লাঞ্জদনা তেংখাংনা সাক্তংহনগা ননাইদ
তাহন্দুনা অরানবা মাইতী নাংবা তোবদি,
থিল্লে ননাই কনবাস্ ।” হায়না চিঠি থারক্লে ।।
ওয়াক্তোকপনি বসন্ত ! সেংতমদবা নহাক্তি !
পাওমদবা নহাক্তি খাংঙদবা মতমনি ।
নংগী নওমনাক-তুদ ক্ষারবদি লৈরাংনা,
তাওজিং মথোন কারদি– হৈরাং লৈরাং মাগীদা
নংগী ইচেন পন্দা, মবুক থনবা তুরেনগী
খানবনি তোর্বানপম ! হৈরাং মউ শিরবা,
লৈরাং মশা কল্লবা—মপুং ফাবা মঙোন্দা
য়ৈরবস্থু ব্রাকচিংগী অকনবদি উন-হুনা ;
য়েংবা ব্রাবোইদবনি । লৈরাং নৌনা চোংক্তবা
হৈরাং লৈরাং মথক্তা ব্রাকচিং উন্নোল তাবদি,
অতাবনা তাবদা অউবগী মমিংতা

মখোন কাবকপতুনী অরাবগা লোইনবা
মুংশিবদো মুংখসে। মরাবগী অবাবা,
অকনবদি অশাবা চৈথোই পক্কা হৌরবা
খাম্বিগুম্না থোকখরে, যেংশিন্দবে তাইফত্রে॥
নংগী নিংজিবগা হৈনৌ মপান শাৎলকপা,
হৈনৌ ময়োন চাবদা হবাওজনা খোংলকপা।
কুহু হায়বা খোঙ্কেন্দো। খোইমুশিংনা ঙংজবা।
সিরি শিংপ মুংশিংনা থোইবোই লোইরোই লুম্মকপা,
খোঙ্কেন অত্থু তাবগা হৈনম লৈনম ফংলগ
চোংই পামেল ময়োনবু উত্রেং উরাং ফাওবনু॥—
ওসি কৌবা মুমিংত থেইরাং চাওব-মপাবা।
তরেৎ সেল্লং হুনবদি যেংবোইগী মংংন
মুরা থম্বান নিংথিবী নাইতোম শাংগী পোইবীদা
ইরকইব। চিঠিসি- বসন্ত ক্লাপ্পম পুবা
থোক্রে মাহুত্তুংদি—ইনা থৌগল তৌবগা,
ফুগাইনস্সু শাৎলবা. হৈপরেংনা নৈত্তেংবা,
খোইমু সংগু ইঙ্গবা, হায়নবিবা শৈশক্তি।
ফৈরোইজাম্বই চিঠিদো, খুৎত ত্রিশূল পায়রবা
সন্দন-বদি তোংলবা অকিব মর্তিদো,
ওইনা লাকএ থোইবীদো॥ চিঠি অত্থু ফংবদা—
হিমালয়গী পুথ্রিদা শাৎপা সনায থম্বান্নি,
মজাইবেম্মা থোইবীদে,— মালেম লৈপক লৈমনা,
পুবা-ভমদ্রবা কান্দা মহাকালি মূর্তিবু
ওক্তাক্রে মচা ইবেম্মা। ইবে চিঠি অম মুক—
"ইপনি নিংথৌ! প্রেজাব। হোংলন মন্ত্রি' নোংথোম্বা।
ওসি চৈরাপ তিনবদা খুমইবদি মারমদো

তথেন সাকৃং হুনরনা অচুম্বনি, ঐ খংই।
হাংকনি চুম্বকম্ব' হায়বা য়াথং লৈ'দি,
থোইবী খম্ব অনিবু হাংলু মাগী মহুৎতা
নংত্রেবদি খান্বিযু হংগংচবি লৈপাক্তা,
ইপন নিংথৌ চোরোন্দা। খান্বিবনা থিন্দুনা
শিনবদি থোক্রবা খম্ব থোইবী চৎচর,
মোইরাং সন্দোং লমদমদা, মান শিবা মফমদা
য়াইবী মাংজখবনি।।" হায়না চিঠি থাবাক্লে।
পাবে চিঠি অহুবু চৈরাপ মমাংদা।
নোংগী মাযকৈ উবদা মাক্লেম থক্ত ইংবথম্
ইনবক্লে ময়ামদো পেনথবে থোইবীবু।
মোইরাং থোংলেন হংলকই—"ফেরোইজাম্বা নহাক্তি
খংদববা য়াসিদে' খংই ঐস্মু মাসিবু
হংগংপদি নংহৌদ্রে।" নিংথৌ তান হংগংলে।।
থাদোই মাগী চিঠিনা লাইজ ওইনা তাকবা
লাইজ মপুং ফাদনা—ইবম অনা লাক্লুনা
ফৈরোইজাম্বই মবানা চৈরাপ মবুক থনখরে।
মপু সনা য়াথংনা—"চৎলু কল্ল শ কংবা।"
হায়না দোলাই পাববু খাপ্লে মোইরাং সন্দোংদা।।
কেগে সন্দোং মায়কৈদি খাম্বী মৈরি ফাওরম্মে,
খুজা তেংথা খোন্দুনা কোবৌ মথোং ফুল্লমই।
নিংথৌ পিবা পোক্তবী অহন মতম ওইববী
খুজা মানা কপ্লক্লে—"থরাই ঐগী মপু ওই,
চেক্লা ঐগী কাম্বদাংফম্ উবি ওইবা ঐহাক্তি
পামেন ওইবা নহাক্তি। ৎসি মোইরাং সন্দোংদা
থংলেন পুন্সি খম্বুদি ইথ্রবোইদো বিধিনা

মাঙ্গ নমাং থাজুনা চৎচগেবা ঐহাকপো !
থংলেন লেংশ্রবদি খংলবোই লম্বী ঐদি !
থোংঙাক অশি থেন লমদম, মকোইছ-মুং ওন-মচিংজেং,
লমদম অসি ওইনদি ঙাগবিরম্মু ঐহাকপু !!"
অসি হায়ন মথংগী ওকশম 'লুরেন কোন্দুনা
থমোই লাইযুম সেগাইনা কপ্পদগী থংহৌদ্রে
মালেম থকতা তাখরে, শিথখবে তিংদম্না ।।
লাম্মী শিংত্থু ব্রাথরে- মুপী তুবু উবদা ।
সংসারগী হৌনবোই, কাংখোগুম্বা অব্রাবা
মুংঙাইবগা অনিনা কোযনা চন্‌বা হায়বসি ।
মোইবাং লৈপাক হায়বদা মপু মোইবাং নিংথৌগী
সাকংদি সাকংবা, নাও থেম্নবা অনিনি
ওসি মোইবাং সন্দোংদা শাকংবীদি হন্নবী —
থবাক খুত্থুম সুত্থুনা মালেম থক্তা খুৎন-নান
মুজা তিংগাই ফোয়ওনা থরো কাংক্রুম ওনববু,
যেংখিদরে কনানা শাকংবাদ মদোম ওই ।।
লাইজ কংথবকপনা লেম্মৈ লৈফম্‌ লৈরক-তা,
ওহল্লৌবেদো শাকংবী ।। শাকংবাদ মহাক্না, -
"লৈহৌখোকো ইবেম্মা ! চংলম্লগে ঐহাক্তি ।"
হায়না বিদায় তৌরম্মে । লফুং থক্তা হিপখরে ।।
মমিং অনি উইশিনরে । মতম অহু ওইবদা,
হইগংলক্লে থাং অদো ওকশম তম্না তখেন্নবী ।।
মপুই য়াথং পুবকপা মোইরাং দোলাই পাবনা
উবে অথাপ্পদগী হাইগর্থলবা থাং অদো ।
"ঙাইথো' হায়না লাওবকই । কোক্কী খুদে অঙাংবা,
হইরে লৌখোক্লহুনা, দোলাই পাবা চেল্লকই ।

লৈরাংগুম্না হেল্লবী পুক্নুং লিম্না ভাল্লবী,
থবা মতিক চাদনা হৃৎনুং তাংলৌ থেংবদা,
ননাই থরাই কল্লমে মুংনিজখ্রে ঐখোয়না ।।"
লৈবগে সনা মাথং করম্বা ননাই ঐখোইবু !
লাইকম্নবিরবদি ইবেম্মনা খম্ববু ।
হিংজগদ্রা লমজাবু, থাজদ্রে নংত্রবদি !!
ৱাৰ্বম অসি তাবদা সনা মাথং "ইপুবু !
চাওব-থোংলেন মন্ত্রিশু—য়াম্না ফরে, মসিদা,
তাসি মপাম রা নতং পুথগনু পুথসি
পুথখোসু পুথাস ।" লাকপিরক্লে নিংথৌনা ।
চিংখুবনা হংবদা -"লাল্লি ঐচা খম্বদা,
ঐদি থাজ দগি তুক ফংলিবনিনা য়াদ্রে,
ঐনা তোনবা লমন-সে শিংউ হায়ু ইচাদা ।"
য়াম্না শিনবা হৈবাংনা থোইনা থুনই মুম্লগা—
মতৌগুম্ চিংখুবা ফজনদ হাবকই ।
কোরৌ পামনথক, খুনা লাম্বা ফংদনা,
থাংখবনী লৈবাংবু মালেম থক্তা তাবগুম,
মুবা মজা ইবেম্মা থাখ্রে লাইব শংদুদা,
মপা মপান অনিগী য়াবংহনা শিংজা ওই,
থোংলেন চাওব-অনিনা লাংবন কবো পযা ওই ।
লেংক্রা তামদা লমজাওদা, পাৎ-ত খোংবান-লুক্লাংদা,
চাইরম্বদি লাইজবু তুবেন তুগন তাহনা
লোইরে কংলা বিগার, সমুদ্রদা তিনবগুম,
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—চাওব-থোংলেন অনিগা ।।
কেগে চৈয়াপ কুম্নার বিচারহু লোইবদা ।।
মোইরাং চৈরাপ তগীনা কেগে থারি লমজাওদা
লাইব চেংগৈ তান্নদি পুথরক্লে নোংয়াইবু—

থোংলেন চাওব অনিনা ওইরে লোইবী অচৌবা,
শূক্ন মুন উরকই থাংজিং চিংজাও হেনখরে।
চাওব-থোংলেন অনিগী মনাই ময়াম অত্নদি
মংন-গুম চংলকপা মংই চিংগী পামেন্-গুম্ ॥
খুমন মাবু দোলাইদা চরে ফীনা কুপ্তুনা
পুরকইবা খম্বাদ—অসুকপাদ লোকন্নুংদা
পদ্ম রাগ মানগুম তাবি পুবি ময়াম্না।
মোংলে মেংনা নিংথিবা তৈবে তৈনা হৌনৈদো,
ফজবাইবা শক্তি ফজবদা মধংই।
থোইবী সেন্নু খম্বুদ ওরাং ইন্নুং মনৈদই
মোইরাং খেবী কথেন্দা থেংনকবে খম্ববু
ওসি কোবৌ চুপ্পন্নু চাদ-খক্ত; কংলাদা
য়াদবগী চংবন্ন বিচাবচু ওাইহুনা,
শগোন শংদা লেল্লকই ইন্দ্রিচুন্নু টাকমখৈ ॥
সুম্না রাজরকপবু খুমন দোলাই থক্তা হাপ,
নুবা অহুম্ মাংদা-থা ময়াম হুগা লাকপদো—
লোক্তা শাংপা খম্বানগুম মোইরাং লমজাও ওাক্লকই,
সেন্নু খম্বু অনিনা খম্বাল লৈনা ওইবকই।
নুরা মজা ইবেম্মা লৈবাং মন্নুং চল্লবা
লৈরিক-কুম্না য়েংহৌহ মোইরাং লৈপাক পোক্তুনা,
কেগে চৈরাপ লাংদগী য়ৌথ্রে খম্বা মপুমদা ॥
চাওব-থোংলেন-নোংথোম্বী মনাইশিংগা থোংলেনবী,
হনদিবে অমত, কৈ.বাইজাম্বা লুখং, ...
চাওব-থোংলেন অনিগী—থুগাইবে পুক্কে লঙ্গে
লায়কন্নবকই সুম্না ॥ মোইরাং চিংলৈনা কয়া
মাইব মাইবীদগীমা সনা, লুপা, চানবা,
থাবিরবই পুম্নমক থৌগল পাওন্নু তংতবি ॥